# ত্নোমঙাইনাগী লমদম

# মিজোরাম্

ওয়নাম শ্যামানন্দ সিংহ

২০০০ ইং

লৈমা পাব্লিকেশন
ইমফাল।

ত্লোমঙাইনাগী লম্দম মিজোরাম্

( লমচৎ-রারি )



অহানবা ফোঙবা
বাকচিংগী ওনি পানবা, নোংমাইজিং ।
তাং ৯ । ১ । [illegible] ইং



অফোঙবী
লৈমপোকপম্ সুমিত্রা দেবী
জেনরেল সেক্রেটরি,
মনিপুর কাউন্সীল ফোর বিমিন্স বেলফিয়ার.
"লৈমা পাব্লিকেশন্স" ( **Publication Division** )
থাঙমৈবন্দ, ডিঃ এম্ঃ সিঃ গেট, ইম্ফাল ।

মমল্ লুপা ৬০.০০

নম্ফম্ :
ডি মহাবলী প্রেস,
পাউনা বাজার, ইম্ফাল ।

শ্রী৺মধুমঙ্গল শর্ম্মা

ঐজ্জা !

নঙ্গী

স্মৃতিদা

কৎচরবনী,

—"ত্লোমঙাইনাগী লম্দম্
মিজোরাম ।"

শ্যামানন্দ

## অহৈবগী ৱারোল

মিজোৱাম্না ঐবু শুমহৎখিবশুম তৌই। ইনৌ মৌবা মহাও, তোপ-তোপ্পা ঈহল অমা কাওখী। মফম খঙদবা শক্তী অমনা ঐবু মুংঙাইহনখী। অহুশুম্না ঈথিল অহুগী শরুক অমনা অসিগুম্না লমচৎ-ৱারী অসি ইনিংবগী অপাম্বা পোকখীবনি। লমদমসিগী শুমহৎপগী মহাওসি ঐগীঈরমদমগী অপাবশিংদসু খজিক্তং ওইরবসু ফংহঞ্জনিঙ্ কই। অসুম্না ইবসু হৌজখী।

লাইরিকসি তাং ১৭/৭/১৯৯৬ ইংদগী নম্বা হৌজখী। লামায় ৫২ কাওবা নম্নগা, ফনা কুইনা লেপ্পুরে। চৈরক্তদা অচৌবা অহোংবা অমা থোকখ্রে। ঐহাক তাং ২৭/২/১৯৯৭ ইংদা বিঃ জেঃ পীঃ দগী রিজাইন তৌখী। ৱারী মমুঙদা বিঃ জেঃ পীঃ গা মরী লৈনবা খরা পল্লী। ঙসিদি পার্টিসিগা ঐগা অমুক মরী লৈনদ্রে হায়হুনসু, ইখিবহু অমুক শেমদোক হোংদোকচরুদ্রে, ৱারীনি অশেংবহু লৈজবনা চুম্নগনি খঙরুবদগীনি।

পুথোক্চরিবা লম্বী-ৱারীসিনা লমদমসিগী পাউদম পেঞ্জ্রি-খরদং হেঙ্গিন্না-লমদমসিগী ৱারী, খুন্দারিবা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপশিং-মখোয়গী চৎনবী-নাৎ, অরিবা-লাইনীং, পূক্নীং মুংওনবা মফম কয়াগী মরম তমজনিঙ্ঙী। অসুম্না অনীসুবা শরুক পুথোক্লবা থৌরাং তৌজরী।

লাইরিকসি ওইনবা হোৎনবদা ঐগী ঈতেং পাংবীখিবা কয়ানী; মিজোৱামগী মরুপ মপাশিং, ওফিসিয়েলশিং অমদি ঐগী ইম্ফালগী মরুপ-শিং—মখোয়গী মফমদা তৌবীমল উৎচরী। থোইদোক হেন্দোক্না, ঐগী মরুপ শ্রী লুংপুইজৈ কবুই (প্রোপ্রাইটর, মহাবলী প্রেস) কী পুকচেল চাউবা অমদি মাহাক্না লাইরিকসিগী অনম্বা শরুকশিংবু চঙী মরী মাঙহন্দনা থমজিনবীরগা ফোঙদোক্লবা হোৎনবিবসিমক ঐগী শিঙওমদ্রবা লম্মন অমা ওইরবনি।

ঐগী পুস্তিগী অহানবা ওইনা পোক্লফম লমদম মণিপুরদগী ওয়োক্লা নক্লসু লাপখ্রবা মফম অমদা থুংলরে। কমলানগর, চাকমা-শিংনা খুন্দাবা হায়রপ চাউবা খুল অমনি। খুলসিদা চঙলকখ্রিবৈদা ভুইচোং ভুরেল ব্রাংমদা লৈবা মিজোশিংনা খুন্দাবা চোংতেদা ঐহাক ওরাং নবেম্বরগী তাং ১৭ তা থুংলবনি। ঐনা থুংলখিবত্তু সুংথিলগী পুং ৬ লোম তারে। চীংনুংনীনা মমশিনখ্রে।

অহিং লেক্লবগীদমক আই বি থিরিবৈদা পুংথায় অমরোমসু হৌদোক্খ্রে। উচিন নাচিন্না থেংনত্তুনা পিঃ ডবলিউঃ ডিঃ গী আই বিদা ঐগী পোৎ-চৈ থমজিল্লি। পুক্লিংদা ঙৈহাক্তী নুংশা থীবত্তম পোক্লই থুংহন্দত্তুনা, মহেইসিবু। চৌকিদার পাখং মচাত্তু নেপালিনি, প্রেম বহাদুর গুরুং কৌই হায়। হরাউ হরাউনা ঐগী কাত্তু শেম শাবীরে। ঈরুজ মায়থজনবা ঈশিং হোল্লক্তুনা বাথরুমদা থম্মে। মায়-মিং তাথোক্লগা, পংথেং থেংখিখ্রিবৈদা চাক চাহৌনবা হায়ত্তুনা জিপত্তু থোৌদোকহল্লকই।

খুঞ্জিন্দা, আই বি গীনা হায়জিনফম মচিন্দা লৈবা নিউ হোটেলদা চাক চানবা হায়ত্তুনা চঙই। মিজো নুপী অমনা হোটেলসু ফমন্মী। মরোলসু খঙদে, ইরোলসু খঙদে। ফনবু নুংঙাই। ইঙ্গিৎনা চাক চাগে হায়রিবনি হায়বা খঙলমাল্লে, মথং মথং পুথোরকই। ঐসু চাবা হৌই।

ঐগী নাক্তা খুন্নু তহ্‌ল অমা ফম্মে। হৈদান্নি হিন্দি কাবক কাবকপা অমদা পাউ ফাওনৈ — ঐ মণিপুরদগীনি, স্কুম লাকপনি। অহানবা লাকপনি। মাস্কু কয়া হরাউনা বারী শারে। তরাম তরান্না তৌই।

—"মৈতৈ নাব্রো?" খংবু খংই। লৈতোন কোন্তক তৌবী খোংগৈনী অমনতুম। কয়াদি মুংঙাইরে। মচিস্কু অংকপা অমনিকো। মরোল ইরোল কাওনদবা লমদম অমদা ঈরোল খঙবা অমা থেংনবদা ঐগা ওস্তোক্না নরুম্ববা মরী মতা অমা থেংনবগুম ফাওই। পুক্কিগি পুমচাউ হেক চাউখৎলি।

মানবু নমহং নংহং হংজিন্নকই।

—"কৈদৌবা লাকইনো?

—"খঙনবা লৈব্রা?" এং কয়াদা কোথনা কয়া মুংশিনা তৌরে। ঐনা ইচম চম্না — পুন্সিগি ওইনা অহানবা লাকপনি, খানেবস্কু লৈতে লোলস্কু হৈতে হায়বতু তারগা মান্না কয়া ঙকচনা হায়রকই —

—"লোলস্কু খঙদনা খানেবস্কু লৈতনা, কমদৌনা লাকইবা?"

কয়া মুংশিরে। মখোন্দু নৌতক, খোনমৈ লৈখৎলপ তৌরতনা, ঐগী লায়খোক্না লাকই হায়বগী চৈবগুম, মাগী থম্মোয়নুংদা রাজবগুম হায়। ঐনা থাংৎলুবা চখোমতু লৌশিন লৌশিন্না খিক্তং নোক্কন্না খুমখি —

—"নঙ লৈরম্বীসিদি।"

মতুতদা নোক্ককই কজবিদো। কয়াদা থবায় তানা, থম্মোই িংজনা নোকে। ইম্ফালগী লম্মুলেন্দা লৈরম্বী, কিমি কৌই হায় মাগী সার্ভিসনা পুতুনা লাকপনা আইজোলদগী মফমসি য়ৌরকপনি হায়। হৌজিক চোংতেদা পিঃ ডবলিউঃ ডিঃ গী ইউঃ ডিঃ সিঃ ওইরি। মুংদাংতুদদি ইকাইবোই করিবোই লৈকম হংহৌদে। নোংছাল্লগদি, মাদি ঐমা থুংলিবা আইঃ বিঃ তুগা হেক থংননা লৈবা কাটরতুদা লৈরম্মে।

'ঽ. খাওগা লাকপগা লাংগা লান্বগা, ঐহাক ভওাই ফদনা চাকতু শুম্ চাবনি। চনিং কয়া তাদে। খঙদে, কৈনোমদি তৌবগুম তৌই। ইন্সাংসিংদো মক-মরাং থাক্কে। মচু থাক্কে। মুরি মুরি তৌবা ডাক্তা। হঙ্গাম পান্দোং মপুম মপুমগী চম্ফুৎ প্লেট অমা, খামেন মচা মচা শোয়রগা থেংবা কাংশোইগুম্বা অমা, খামেন অখাবা চম্ফুৎ অমা, ঙোরেক অত্তেবপগা থঙ্মগা ভকখায়বা অমা, করি শানো খঙদবা থেংবা অনা। কযানো হংই —

—"সোম নি পং।" ওইনিংবা ৫ইজবমসম্ব হাযতুনা ম্বাঙ্খ চৎপী অমা পী ২৫ হন্দোবকই। অতম খঙলে, কুনম্মডা হাম্মিবোরে। ঐস্তু অাইজোলদগী লন্দীদা ওম তম্নবপা মরোল অমা সৎতা লোন্সিল্লি —

—"কুন্দা, লুপা পখৎ।" চেনা য়োম্বা মখোয়গী মনা পীশক পীশক পীকপগী কাহু মযোম অনি পীরকই। অতুদগীদি ঐস্তু থৌনা অমা লাক্কে। চিনফা অমা থিজিন্নি, লৈবগা হোটেলগী নুপাতুদা —

—"কপু, মংথা লে।" বা নোকই। মহোয় ময়ান্না হরাওনা খুম্মী —"মং থা লে।" অতুগা মিজো মরোল হৈরে হায়বগুম হোটেলগী মুপীহ্না থাগৎপা মানবা ম্বাম্না হর'ওবা মরোল ভাংই, ঐদি অমত্তসু খঙদে। অতুম পংনোক্তা নোকমিন্নে। মখোয় ময়াম ঐবু থিন্দোরকই। হোটেলদা চাক চাকবব মরী মতা থিন্দোক্কপতু মডাই। সিসু মথেল অমনি। চিন থীরুবগী।

ঐবু লৌবা লাকপা জিপতুদা চোংথৎলগা ঐ অাই বি তম্না লাকই। মখোয় ময়াম হোটেলগী থোঙদা পুন্নপ লেপ্লুনা ঐবু বিদায় তৌহৌই। ঐগী গাড়ী থৌরিবা নুপা অনিসু অমনা মিজোনি, লুং-লেদগীনি লালফেলা কৌই, এমঃ এঃ নি। গাড়ীসু মসাগিনি। অমদুনা ড্রাইভর কম মেকানিক্নি, বিকা কৌই। মাদি পোই কোন্সেংনি, হিন্দিসু হৈতে, ইংলিসসু হৈতে। চোংতে লাকপগী লম্বীদা —

—"রাস-তা ব-উৎ খা-রা-ব হে।"

পংহায়তা হায়, মসিমদি মা' ফজনা হৈরে। মখোলশু হেক নৌথোক্লগুনা চিংল চিংলতুনা তোয়না হায়খ্রে। ঐসু মাবা হেক হায়-রিমখৈ খুম্মি —

—"রাস্তা বহুৎ খরাব হৈ।"

ফৎসু ফৎখিদ্রে, মখোয়গী লম্বীসি। মিজোরামগী মীশিংসি মশা খৈ অতুনা মখোঙনা শুম পংচং চৎচসনু হায়মাল্লে। ঐখোয়না লাক-খিবসি মুঙ থাবা, কোইলাস থাবা নত্রগা অষ্টর তৌবকা অমত্তা নত্তে। চীংগী লোক্লংদা, চীংচেপ্তা, চীংমায়দা, চীংয়াংদা শুম অকুৎ—অতোংগী লৈতঙ্গাইগী মরম অমা শাংনা লৈবগী ৱানী। মতুসু ৱান ত্তোন ত্রক্লা অমুক-মুক হোগায়বিরমতুনা লুরবা খোংবান মনী শাংনকা তৌতুনা থম্বীরম্মী। মতুদা পীশক পীকপা জিপতুনা চাউখ্রবা চীংগী মমথ্রবা লোক্লংদা, কোংকুংতুদা অমুক চোংথ, লৈতোংদা অমুক চোংখৎ, ৱান তোন্না তৌখিরম্বা খোংবান মরীন্দুদা নাকন নাম্মা পুমৈপ পৈথরতুনা তক্লনা অমুক চং, শুম লাকপনি। ঐখোয়গী জিপতো মিজো নহা অনিতুনা থৌজরকপগা নত্রে। চোংতুনা চোংতুনা লাকপনি, চীংমুংতুদা। খংহাই খংহাই হায়। খংচেপ চেপ্পী। অমুক থোক ইল্লী। চপ হেক লেপ্পী। মিজো ড্রাইভরতু ওইবগী, মখোয়গী মহৌশা ওইবগী গাড়ীতু অতুম লাকখিবনি। মথৌনা লৈরবা বঙ্গালী ড্রাইভরগী পারাগা নত্তে। ঐনা ড্রাইভর ওইরম্লবসু অতুম হল্লক্লমনি। লম্বী নত্রবোই নীংতুনা মী তাবা লম লোইরবোই, লম্বীগী ঙমখৈ লোইরবোই খন্দুনা হল্লক-লমগনি। অতুগদি, লম কয়ামা লৈরম্লে। ঐখোয়গী পৃথিবীসিদি ওস্তোক্লা শাংলমখ্রেদা। ঈস্বা মিজোরাম লঙদি ওস্তোক্লা পাক্লেদা। ৱারৌম্লকো ঐখোয়গীসু অসুন্না পাকথোক্লবা, শাংদোহল্লবা লমদম ময়াম অমা লৈরিবনি, ঐগী মনিপুরদা পোক্লফম লমদমদা।

গাড়ীতু আইঃ বিঃ দা থম্লগা মখোয় চৎখ্রে। লালফেল্লাতু মাগী মরুপতু খিল্লুরগা অমুক হল্লকখিদোবোই নিঙতুনা ঐ থোঙ লোন্দনা ফনা থেঙবা ফাওবা ঙাই। মাদি অতুম লাকৃৱে। মাগী মরুপকীদা

লেকপ্রমাল্লে। ঐদি চাকস্থ হোটেলদা ঐগা পুন্না চাম্মিরসি হায়বনি। মহোয়না য়াদকুনা ইথস্তা চাহৌবনি।

সুমদোৎবনি। মাগী মরুপতুগী মুপীদু ঐখোয়গা লোয়নরকই, চোংতেসি মপামনি। য়ান্না অভাওনি, ময়ুম পানবা কুইদ্রিবা জাংনি। ফ্লেট সিত তা মানা ময়ায়দা, ঐনা মভাইদা তোংই। লালফেল্লানা গাড়ী থৌই। মাগী নুপাল্লা মমিঙদা তোংই।

অহুম্না লুংলৈ সারক্যুট হাউসতগী রোতলুং কাওবা থোরকই। লুংলৈদগী কিলোমিটর ৫৯ দা লৈবা রোতলুং লমখায়দা হোটেল অমা লৈরম্মী, মতুদা ঐখোয় চা থকই। মহোয়দি ইখঙ থানৈ। লৈশাবী মুঙ তোৎবী অমগা মমাগা লৈরম্মী। ঐখোয়গা লাকমিন্নবা মৌনহা-জুগা য়াম্না কোইনদনা তৌনৈ। মশকস্থ ফজ্রে, য়াশী লৈ। ফক্রাংদা তংবুং কেন্দ্রগী কংগ্রেস ক্যাইগী মীরেপকী পোস্টর অমা থেৎলম্মী। মতুদা ঐনস্থ চা থক্না থক্না ফাপা ওইনবু হায়জিল্লি —

— "বি জে পী ই ভোট অনা উ।"

পংনোক্তা নোকমিল্লে। মহোয় পংঙংতা ঙাংনৈ। অতুগদি লালফেল্লানা লখীদা হায়রকই —"মহোয় ভশেংনা বি জে পী দা ভোট পীগদবনি, কংগ্রেস নত্তে হায়বনি হায।

রোতলুং লমখায়দগীদি লম্বী ফল্লে, কচ্চা রোড হৌরে। মফম-সিদগীদি, মুস্তক মুবা পোই হেরোহ্লা অমুক থোরে। মাগা হেক থংননা মাগী মুপী ফম্মী, অতুগা ঐ, মভাইদা লালফেল্লা। মহোয় য়াম্না হয়াওই। নহানিদনা, লুহোংবস্থ কুইদ্রিবনি, করিগীদি মুংঙাইরোই। গাড়ীতুদা য়েংকা ওইগ। মিজোগী থরগা চমজবগা অঙাং ওইবগী থর কোইদবগা ঐগা ফম্মিন্নবতু করিম্থ কোইদে মৌনহাতু। ঐনস্থম কোইনা হোংনকই। ইথস্ত মাংবা মাল্লকই। অহুদগীদি অহুম কল্লে। পংথেংতা থেংনরে।

কা চায়, বিড়ি, মখোয়গী চেনা কোগী মনম অকনবীতু, মানা চম চমতুনা লাল্লী। মাগী সুপাদা অমুক, লালফেল্লাদা অমুক। লাল্লি-ভৈঙো বিড়িতু অমুক অনিরুক চিংহৌই, মানা। অদৈদি মাসু মশাগী চনজরগা অতুম থকংলক্লে। ওল্লোকপা হায়ডুনী।

মাগী সুপানা গাড়ী থৌরে, অতুম মানা গিয়ার শেন্নৈ। থার্ড গীয়ার চঙখগা অমুক-নুক হল্লোরকপা ভাংনি, মতু মানা সুম ডাক্তুনা থোৌরকপগী য়ানি।

চোংজেো, মাগী নপামদা মথৌয়দি চাক চারগা অতুম তুম্মায়। ঐনদি সোমদা ভাইরী। মমৈথডদা থোং লোন্দুনা তুম্লে। ইহান হান্না থুংলবা লমনী, থঙনবা কনাসু লৌতে। ইচিং চিংনৈ। নপান্দা, গাড়ীদা পেট্রোল ভ্রম অমগা, চেক বেগ অমগসু হাপ্তুনা লৈ। মতুগীসু চিংনদবা ওমদে। লৌশিন্নবা ওইরে নত্তবনিনা অতুম থক্লে।

তুম্মদাই মতম য়ৌরকপদা মুমদা হেক্তা নিংশিংলকই। ঐগী অমনবা মুমদো, ঐগী ইমুং-মনুং, মথং মথং মিংতা উরকই।

অচৌবা সহরশিংদা, দিল্লিদা, কলকত্তাদা, স্টার হোটেলদা, লীফতা কারকপা, এয়ার কন্দিসন তৌবা চাউরবা কাদা লৈরবা মতমদা ভসি মফমসিদা ঐঙোন্দা কাপ্তরকপা থমোই ইকুলসিগা ওল্লোক্লা থেংনৈ। পুমচিক চিকশিন্নকপা চৌংলোন চৌংলোন কয়া লান্নগা চৌংলক্তা লৈরবা অাই বীগী কা অমদা ইথন্ত্রা লৈরকপা মতমদা — লান্দুনা লাকখীবা লমদম, লৌশিংডুগী মমি অমসু শাগোন্নবগুম তৌরম্বতাই ওল্লোক্লা ভম্মথবগুম, য়ুমপা অমুক উম্নরেইদবগুম কাওই। পুক্নিংসি ইনৌতা নৌবগুম তৌই।

মায়কৈ পুন্নমক্তা অমম্বনা কোয়শিনী। অচিকপদা কোম্মিল্লী। অতুবু লাউদবদি নত্তে। নিং মিং লাউবা মখোল অমনদি অতুম চীক্লবা অহিংডুবু নিলহন্দুনা লৈখী।

নোংঙালে। ঙসি তাং ১৮। ১১। ১৯৯৩ ইং, শগোলশেল হুমিংনি। মিংকপ থোক্লকপদা অয়ুক্কি পুং ৫ তারক্লে। থোঙ হাংদোক্তুনা য়েংবদা লৈচীল য়ান্না ঘারক্লী। হুমিং থোকপগী মমী তমদ্রি। অমুক ঙাইহাক হীপচিল্লে। ঐনা চীন-য়া শেংলিঙৈদা থংনবা ভি আই পী কাদা থুংলিবা এম এন এফ কী কেন্দ্রদেংকী কাংবুহুগী চংথোক চংশিন তৌবগী মথোল তায়। মায়-মিং তাবা লোইরগা, মথোয়গী মরম হায়বদু থোকই বারী শানরুগে হায়দুনা মথোয়গী কাদা চঙই। ফমফম কাদা ঐঙোন্দগী চহী খরা লৈশিল্লপ তৌবা নুপা অমা ফম্লী। ইংলিস নিংথিজনা ঙাঙই। জোলপুইদগীনি চাংকিমা কৌই হায়। মহাকসু চহী অনী মনিপুর কোলেজদা এম্লমী, কৈশামপাৎতা লৈরম্লী হায়। মথংদা নাগালেন্দদা বোমিজোগী প্রাইভেট সেক্রেটরি ওইরম্লী, মিসাদা ফাতুনা জেলদসু লৈরুরে হায়। বারী শানরিঙৈদা মিষ্টর কেঃ দিংলিয়ানা থোরক্তুনা ইনাক্তা ফম্লে। মহাক তুনাকু কেন্দ্রদা এমঃ এনঃ এফঃ কি মীরেপ ওইরি। মাগী লম্বা ওইরিবী বি জে পীগী মীরেপ শ্রীমতী স্নেহদিনী তালুকদার গী ফিবম ঐঙোন্দা হংলকই। মা 'হরাউজনবা খুম্মী — বি জে পী দি মিজোরামদা লাকপদা ঙায়রী। পঙকন কনবা নত্তে।

মিষ্টর দিংলিয়ানা ঐগী লোন ওইগদ্রা, নহানী। মশকতি অতুম চীং-লেম্মী ফজে। অদুবু মা ঐঙোন্দা কোইতক তৌই। ইনফরিওরিটি

কমপ্লেক্সকুম্বা অমা লৈবা মাল্লী, মাগী ইংলিস খর বান শিজিংজ-বতুনস্থ ওইবা য়াই। মহাক্তী ভরাং নুংদাং হেক থুংলবগা অতুম ঐগী কাদা চওলক্তনা ঐগা খওনখ্রবনি।

মিজোরামদা হৌজিক ভোট লেপ্প্নরিবসি ঐনা খওবা অয়াম্বদি মশাগী কেন্দ্র নত্তবদা পওলেপ লেপ্পবগুম উই। মিষ্টর দিংলিয়াস্থ লুংলেগী চান্দমারী ২ দগীনি, অতুগা লেপ্পনা তুলাকু কেন্দ্রদা। মাগা লম্বা ওইরিবা শ্রীমতী স্নেহদিনি তালুকদারনা কমলানগরদগীনি, কেন্দ্রনা চোংতে। অতুগা লুংলেদগী মিষ্টর বাললান রৌনা অমসুং মিষ্টর চোং-জিকা ফুলতুংশ অমদি কার্থা কেন্দ্রদা মীরেপ ওই।

চোংতেসি ক্ষুংভাইবা অমনা মকমসি কেন্দ্র অহুমগী পুনকমনি। লমসিদা কেন্দ্র অহুমগী মফম চল্লী। তুইচোং তুরেলনা খুনিংথেক শামা ইউ মওংদা খা পাংনা চেন্থরকপা অতু কোল্লগা লৈ। মমাংলোমদগী চোংতে তুরেলনা খুনিংথেক শারীদা মফমতুদা ঈতিটৈ। অসুম্না হাই-ফেং চাউবা তুরেল অনিগী মরম অহুমনা মকমসিদা তুরেল রাংমা রাংমগী খুল অহুম খোকহল্লী। তুরেল লান্দ্রীটৈগী অহানবা খুলনা চোংতে এল, অহানবা থোং লাল্লগা লৈবা খুলনা চোংতে পী, মথংগী থোং লাম্বগনা চোংতে সি "কমলানগর"। তুরেল মথক্তা ফুট ২৮৬ শাংবা ফুট ৮ পাকপা অহানবা থোং অহাইবী লৈ। মতু লাল্লগা মসিগা চাউবা শাংবা মান্নরপ ভোবা থোং অহাইবী অমগা অমুক লাল্লগা কমলানগর চওই। থোং অমদগী থোং অমফাওবসি ফুট ২০০ রোম থাপনৈ। থোং অনীমক জীপ লাননবা য়াই।

চোংতে এল মিজোশিংগী খুলনি, হাইফেং চাউই, তুলাবুং কেন্দ্রগী শরুক অমনি। মথংগী চোংতে পি, লোংতুলাই কেন্দ্রগী মনুংচল্লী। মসিসু ফনা চাউবা খুলনী। পি হায়রীবসি পোই হায়বনি। এল হায়বনা লাই। মথংদা কমলানগর, মসিবু চোংতে সি কৌই। সি হায়বনা চকমা, কেন্দ্রনা চোংতে।

ভাইহাক বারী শানরবা তুংদা মখোয় ইলেক্সন কেম্পেনগীদমক খোঙশানখি। বিদাই তৌনে। মখোয় খোঙনা চংখিবনি। মফমসিদগী হিনা চংলগা চাকমাশিংগী খুল অমি য়ৌগদবনি হায়। ইস্ফালদা তৌরিবহুগা য়ান্না খেংনৈ। সিদদি গাড়ীনা ভোট খোম্বা চংপা য়াদে লম্বী লৈতে। খোঙনা চংনৈ। খুল অমগা খুল অমগস্থ য়ান্না থাপনৈ।

অয়ুক্কী পুঙ ৭.৩০ রোম তারে। শ্রীএনঃ এমঃ চাকমাগী পি এস ও গা মচানুপাগা ঐবু লৌবা লাকই। বার্কর থরস্থ লোয়নরকই। গাড়ী থৌবীনবদি লৈত্রে। ড্রাইভরদি ঙরাং অহৌং লেকপা চংখিবদগী হল্লকত্রি। মখোয়না থুংলিবা য়ুমস্থ খঙদে। অঙাঙশিংস্থ মখোয়বু ভাই-হাক থিল্লগা খেংনদহুনা অমুক চংখ্রে। ভাইহাক লৈরগা ঐ অঙাঙ অমগা চোংতে এলগী বাজার লোমদা লালফেল্লাখোয়দু উন্নব্রা য়েংগে হায়রুনা থৌকই। ঙরাং মুংদাং চংখীবা লম্বীনীনা খর-খরদি খঙলী। খুলগী চর্চ লৈরিবহুগী নাকলগী লম্বীচদা খরা চঙশিন্নকপদা লালফেল্লাগা ড্রাইভর অমুবহুগা খেংনরে। বারী শা শাবুনা আই খী তম্না লাকমিল্লে।

হোটেলদি য়াম্না লৈ। খিং-পুই দি ফংদে। মিজো লোন্দা চাবু খিং-পুই কৌই। মসোমদদি মৈতৈলোলগী মিজোনা ইমাক খুল্লে, ঐখোয়গীদি চাবু চা অহুম্বক হায়, অপুবা লৌরী। খুন্দোন্দা আই খী গী লম্বী হাইকমদা হোটেল অমা লৈরম্মী মহুদা চা লৈ হায়রুনা ঐখোয় মরী চা থকই। চা য়েল্লকই, মথংদা প্লেট অমমমদা কেককুম্বা থক্করগুম্বা মানবা ময়াম অমা হাপ্পগা থল্লে। ঐখোয় লৌহুনা চায়। ঐনা খল্লী, অস্তুক য়ান্না য়াম্না হাপ্পকলিসি হেনমল্লিহে। অহুগদি চংনবী ওইরল্লে। মহোয়গী হোটেলসিংসি বকে টাইপতা সার্ব তৌমৈ। পুম্না পুম্না থল্লগা অপাম্বা লৌহুনা ওক্লবা চানবীনি। ঐখোয়গীহু পুম্না লুপা ১৬ নি হায়। চা গীলাসতা লুপা অনী পী। খল্লী, তাংবু তাংমল্লে। অস্তুকস্থ থাপ্লগা।

অহুম্না ঐ চোংতে এলদা লৈবা পিঃ ডবলিউঃ ডিঃ গী আইঃ বীঃ দগী অমুক পুং মপন লোম তাবদা হোংদোরকহুনা শ্রীনিলমোনি চাকমাগী

ইলেক্সন কেম্প ওইহল্লিবা কমলানগরদা লাকই। কমলানগরগী খুনয়াম্ব ওইরূপ তৌবদা পীক্কক তৌবা চীংহুম অমা লৈ, কমলানগর চীংলক্কী চীংদোন্দা তাবা চাকমাশিংগী খুলনী। চীংহুম অসিগী মতোন্দা পাক্লা তেমথোক্লবা লমপাক ময়ুং নাইবা অমদা চকমা ওটোনোমস কাউন্সিলগী গেষ্ট হাউস অমা লৈ। গেষ্ট হাউস অসিদা ভি: আই: পী: কা ২ অমসুং অচম্বা কা ১ গা লৈ। ঐহাক্কী লৈননবা ভি: আই: পী: রুম নম্বর ১দা শিল্লম্মী। ভি: আই: পী: রুম হায়রিবসি খোঙ হাম্ফম ঈরুজফম কা মচা অমা য়াওই হায়বগী বাতনী। মথক্ক ভিজ্ঞনা কুপ্পা ফুট ১৪ মুককী মরাক ময়ুং ওইবা অপীকপা কা মচা অমথক্কী। য়ুমস্থু ইনেম লেম্মী। কা মনুংদা ফমুং অনি থাই, উগী আলমীরা অমা, টেবল মচা অমা চৌক্রি ২ লৈরম্মী।

লৈবদি ওম্মোক্লা নুংঙাইনা থোক্লরে, য়াম্না চীকই, ইশং শংবা নাপী হৌবা লম্পাক অমনা মাঙদা শম্পোক্লনা লৈ। মথাদনা তাম্না অমসুং মক্লা খুঙ্গাশিংগী য়ুমগী মরোল মরোল, চীংগী চীংলোন, চীং-মায়, লোক্লং, থেকপা খোয়বা চীংগী লম্বী। চীংগী মথক্তা লৈবা চীংদোং অমগী মতোম্দা শেম্বা মফম ওইবনা অকোয়বগী ফিভম মরাং কায়না উবা ফংই। নুংশিৎ নুংশা মরাং কায়না ফংলে থিংবিনবা লৈতে।

ঐখোয়গী গাড়ীতু নিলমোনীগী কেম্প ওইরিবা য়ুমতু তম্না লাকথি। অঙাং অমনা লম্বী তাক তাক্লনা ঐখোয়গী জীপতু খুন মনুংনা থৌজিল্লকই। য়ুমক্তুদি লম্বীতু চপশিল্লক্লে, ফংস্ত্র ফংত্রে। নাক য়েংতা বাচেংকী শম্বল খারিবতু লম্বীদা ইহুপ হুপথবদগী জীপ লীংপা য়াদহুনা নুপা মচাহুনা কুমথবগা চিংখংতুনা থক্লগা গাড়ীতু থৌজিল্লি। মখোয়গী বাচেংকী শম্বলনি, পোলাং লোনবদৌনা লোম্লগা, শম্বল ওইনবগী বামী। ঐখোয় সোমদা তৌনম্লিবা উখোঙ য়ুংলগা বাচেং তংখায়না শাংনা শাংনা লনতক তৌনা খাবীসি নত্তে। মহোয়গীদি

বাচেং অপাবীসিনা কুংনা লেপ্তগী খর হেন্না মাংহল্লগা পোল্লাংদৌনা লোল্লী। শ্রীএন: এম: চাকমা কোম্মোংদা লেপ্লহুনা ঐবু ঙাইরম্মী। ইমু মুরদনা। চঙখিবদা মানা থুংলিবা শ্রীপুর্ণকুমার চকমাগী ফমফম কাহু মীনা পীক থন্না ফমহুনা লৈরম্মে। থল্লী, মুপাসি মীদি কল্লীহে। ময়ামহু ঐবু ঙাইরম্বনি। চঙবগা শক-তাকনৈ। ঐনা হায়বদগী মিটিং ওম্মোক্লে। খুল তরামুক্কি মীওইশিং য়াওরী। খুলশিংশি অমগা অমগা য়ান্না থাপনৈ। খোঙনা চংলগা য়ৌগদবা, গাড়ী চেন্দবা, গাড়ী চঙবসু য়াদবা, মহুসু মুমীৎ মরীনি চঙবা, পরভা হায়বা খুলহুগী মীনচিংবা য়াওনরম্মী। মখোয়দি শ্রীএন: এম: চাকমাগী ইলেক্সনগীদমক মাতবু উন্নবা হায়হুনা কমলানগরসিদা হান্নবু থুংলহুনা লৈনরম্বনি।

থবক্তা খুংলোয়নবা হায়হুনা ঐনা দিবিজন অহুম থোক্লা থায়-দোক্লগা ইলেক্সন কেম্পেন কমিটি থম্বা শিল্লি। মন্ত্রগদি কেন্দ্রসি নাকন অমলগী নাকন অমা য়ৌবদা থা মথায় অমা চঙবা অহুমা পাউ য়ৌনবফাওবা ঙমদবগী মওংদা লৈ। ভোট থাদনগদবদি মুমিং ১২ নিতমক ঙায়রে। কমলানগর ১, ২, ৩ অমসুং থংনবা খুল বাজেসোরা উদলথানা, সাইজোনচিংবগী কমিটি অমা, সাইজো, মায়কৈসোমদা নাইতোম তাবা মিজোগী খুল মচা অমনি। বোরা পাকুরি অমদি অকোয়বগী কমিটি অমা অহুগা কেন্দ্রগী অরোইবা শরুক পরভা নচিংবা খুল থরগী কমিটি অমা অসুম্না অহুম থোক্লা থায়দোক্লে।

থোঙনা মুমিং নিনিরোম, মরীনিরোম হায়না লাক্লবা খুঙ্গাশিংগা উন্নহুনা বারী শাবদা থম্মোইদা ঙকপসু পোকই, মুংঙাইবসু পোকই। মপানগী কনানসু খুঙবীদনা চমজরবা খুঙ্গাশিংসিনা মফমসিদা বয়াদা অবাবা মায়োক্লরি। চৈথেংশি মখোয়নসু থল্লুদবগুম তোৗরে। কনানসু খনবীদ্রে।

কয়াদা অঙকপা ফংনা খেন্নল্লিবা। ঐনা হৌখিবা তাং ৮।১১।৯৩ ইং নিংথৌকাবা মুমিংকী মুংদাং পুং ৭ মুক তাবদা আইজোলদা থুংলখি। ঙমথবা ঙমখৎপা কোইলাস থাবা লম্বীগী মাক য়েংতা মথোল ৩/৪ গী দলাল কয়া কুক কুক ইন্নমা লৈ। লম্বীগী নাক য়েংতা মুঙ চল্লি, লানবনগুম। য়াম্না চেক্লিল্লি। তাং ৯ গী অয়ুক্তদি ময়েক শেংনা উবে। আইজোল, চীংলৈবাকী স্বর্গ নি। বাৎত পাদবা কয়াগী সহরনি। মশা নানবা, মশক ফজবা ফজবী কয়ানা তরু তরু তনাম তনাম চৎনৈ। মীগী ঈচেলগুম উই। তপ্না চংপা, ঙাহৌ ঙাহৌ তৌবা অমত্তা উদে। ওমমক খম খম। য়াম্নমক খীং-খাঙ লাউবা মথোৎ কারকপগী সহরনি। মাক্সতি কার মম্নাম অমা চেল্লি। টেক্সিস মাক্সতি কার ঙাক্তা। মশা নানবা, চীংলৈবাকী, ফেসনগী, অচাউরমগী সহর মচা অমনী আইজোল। ঐনা ঙক্না য়েংই, অনৌবা লাকপগী। অহানবা উবগী। থাজদবা মরাম অমা উরকপগী।

ঐখোয়না লাকখিবসি, তাং ৮ গী অয়ুক্তি পুং ১১.৪৫ তাবা মতমদা এমবেসেদর কার অমদা সিলচর থাদোরকপনি। সিলচরগী সারকুইত হাউসতগী। ঐপা লোয়নবা শ্রীবালীলাল সোনী অমসুং শ্রীপীঃ বিঃ আচার্য্য য়াওই। গাড়ী থৌরিবদু শ্রীনন্দ দে কৌই, বঙ্গালীনি। পাখং মচাম্নি। মাদি আইজোলগী লম্বীসি ইখঙ খঙই। সিলচরদগী আইজোলসি কিলোমিটর ১৮০ নি।

থুংলবা মুমিদাংদু ঐখোয় অহীং লেপ্পনবা হায়দুনা আইজোল সারকুইত হাউসতা চংলী। ঐখোয়গীদমক কাম্নু বুক তৌরমম্রে। রুমসু অহাঙবা অমত্তা লৈরমম্রে। টেলিফোন তৌদুনা খিবদা হোটেল রিটজদা

য়াগনি হায়বদগী ঐখোয় মফমতু তম্না চৎলে। হোটেল রিটজ ষ্টার হোটেলনি। ষ্টেন্দার্দ ঙাকই। বাথরুমদা ঈশিং অইংবা অশাবা ফংই। ঐনা লৈরিবা রুম ৩০৭ সিগী থোঙনাও অমদি বিলদিং অমগী মথক্তা থোকই। অতুগা থোঙনাউ অমগীদি মখাদা আ লুনা য়ুমগী লোক্নুং অমা লৈখিবা উই। চীংমায়দা কক কক্তুনা শানবা য়ুম ঙাক্তনীনা আ — তাম্না লোক্নুং ওইখিবগী ৱানি। থোঙনাউশিংসি য়োংকী বার অমত্তা হাপতে, পুমহাঙনী। শোয়দনকা লৈথপ্রবদি। স্বায় লাউই। মসিমদি মহোয় চুমদে। তঙাইফদনা য়োংকী বার হাপহন্নিংই।

অয়ুক বানাপা হোলগী মখাদা লৈবা য়ুম অমদা ঐখোয় ময়াম উৱৈ। বানাপা হোল মীতিনফম, জগোই-ঈশৈ তৌবা য়াবা ময়ায় ওইরপনা চাউবা হোল অমনি। ঐখোয়গী কুকি-ইন, জিঃ এমঃ হোল-গুম্বনি। বানাপা হায়বসি কলাবু পামজবা লমদমসিগী মশক নাইবা লুচিংবা অমনী। মাগী মমিং লৌতুনা ঙসি লমদমসিদা হোল সিমা শাতুনা মহাকপু ইকাই খুমৱা উৎলী। আইজোল দিস্ট্রিক্তা লম্বা থেংন-রিবা ঐখোয়গী কেন্দ্রিদেৎ মরিগা অকুপ্পা ৱাৱী ৱাতায় তৌই। মখোয় মরিগী মনুংদা এঃ সোইবুংঙা রিয়াং, এঃ জেঃ ক্রাইষ্টোফর অমসুং চোংজিকা, রিয়াং ঙাক্তনি। অতুগা অমনা মিজোনী, মিষ্টর সিঃ ভানলাল রাউনা। রিয়াংশিংসি মিজোরামদা মাইনোরিতিনি।

মামিত কন্সটিটুয়েন্সিদা মীরেপ ওইরিবা এঃ জেঃ ক্রাইষ্টোফর অসি ইলেক্তোরেল রোলদা মিজোগী মিং ওইনা য়াওরম্বদগী মতুদা মিং ওন্দুনা ইলেক্সন থেংনগদৌরি। নোমিনেসন্দ য়াদতুনা মিং ওনখ্রে হায়-তুনা ঐঙোন্দা তম্মী। মাগী মিজো লোন্দা থোনবা মিংদি ভানলাল লুআইয়া কৌই হায়। মসিসু নুংঙাইবা এক্সপরিয়েন্স অমনি। মিজো-রামদা লৈবা মিজো নত্তবা অয়াম্বা মিজোগী মিং অমমম লৈনগল্লি। সাইহাদসু বঙ্গালী নহা অমা থেংনরকই। লাইরিক লাইসু হৈবা মতমগী মীনি। পার্টিগী মুংশিজবা অমা ওইনা ঐখোয়বু উন্নবা লাকপদগী থঙনবনি

মিজো নিঙঙোল অমা লৌই, মফমসিদা সপ্লাইনচিংবা তৌত্নুনা লৈবনি হায়। মিংনা শ্রী তপশ রোয়। কিয়ার ওফ এসঃ এমঃ এসঃ ষ্টোর, বোরো বাজার, সাইহা, নিয়ার পোলিস ষ্টেন্দ। অত্নুবু মাবু থিরুবদা ফংত্রে। তুকান্দী থেংনৈ। এসঃ এমঃ এসঃ ষ্টোরগী সেলস মেন্দুনা হায়রকই — নুপীমচাগুম মখোল ইনৌ নৌরত্নুনা, কেজরত্নুনা — "মিষ্টর দেবিদ রোয় উন্নগদবরা ?" মত্নুতদা ভা'ব তারকই। শ্রীতপশ রোয় মিজোরামদা মিস্টর দেবিদ রোয়নি। মশক মচু কন্থা কা়েংনবা মিজোশিংগী মরক্তা নুপী-গুম কেজ মৌজবা বাহৈ খোনফম থোৎ মেঙবা কাঙলুপ থেংনরুবদা, থাজ-রুদে।অত্নুবু কাঙলূপ অসিদা অসিগুম্বা নুপী চঙবা নুপাসিংসি অরীবা মতম-দগী লৈরম্বগী খুদম ফংই। অসিগুম্বা অসিতা নত্তনা মকোক তাঙবা, বাখল চোইবা মীস্থ লৈ। অরীবা মতমদগী হৌনা খুন্নাই অসিদা আত্মাঘাট তৌত্নুনা শিজবগী থৌদোক থোকপগী রেকোর্ড স্থ থেংনৈ। তৌবত্নবু মথন্ত শিজবগী থৌদোক সিমদি মরু ওইনা চহী য়ামশিল্লরুবা মিজো অহলশিংগী মরক্তনা খরা নম্না থোকই হায়।

হোটেলদা বংসিদাগা ঐগা ৱারী ৱাতায় তৌতুনা লৈ। ঐদি নুং-থিল লুংলৈগীদমক চংশ্রদৌনি। অতুনা আচায্য´গা বংসিদাগা কা অমদা পুন্না লৈহৌবনা ফরনি খন্দুনা ঐখোয় সেকেন্দ ফ্লোরগী রুম নং ২০৮ দা হোংজিল্লি। হোটেলগী থবক ইনথাং নোম্বী মিজো নুপী অনী লাক্তুনা ঐখোয়গী পোৎ-চৈশিংতু হোল্লে।

অসুম্না অনৌবা কাদা চঙতুনা পোৎ-চৈ মফম চানা চানা লোই-শিনবা লোইরগা বংসিদা ইবান্নী ফংদুনা ৱারী শারীডৈদা মিজো নুপা মরীখক ঐখোয়বু উন্নবা লাকই। মফমসিগী ঐখোয়গী মী অমগা লাক-মিন্নবনি। মখোয় মফমসিগী কোলেজ অমদা লেকচরর ওইবা ঙাক্লি হায়। বংসিদাগা ৱারি তৌই। হিন্দু পার্টি´নি হায়তুনা লৈবাক পুংজাও থীল্লবা বি জে পীনা, মিজোরামগুম্বা খৃষ্টিয়ানতগী স্টেটকুম খন্ন-রিবা মফম অমদা, কমদৌনা লাক্লিবনো সিনী, মখোয়না য়াম্না খঙনীংলিবসি। বংসিদামা য়াম্না শুগায়না হায়তুনা ঐখোয়গী পর্টি´গী অশেংবতু মখোয়দা খঙহল্লী। মখোয় চিংনবা পুন্নমক কোক্তুনা য়াম্না হরাউমা হনখি। পর্টি´গী কন্সটিট্যুসন অমসু পুখি। মিজোরাম বার এসোসিয়েসনগী প্রেসিডেন্ট নসু পার্টি´গী কন্সটিট্যুসন অসি মিজো লোলদা মহাক্না হন্দোক্কনি হায়তুনা কোপী অমসু মাঙজোননা লৌশ্রবনি। বি জে পীগুম্বা মরৈবাক নুংশিজবা, মরৈবাক্কীদমক মপুন্সি কৎথোক্রবা মীওই কয়াম্না লুচিংলিবা, ধর্ম্ম পুন্নমকপু অৱাংবা থাক্তা ইকাই খুম্নবা উৎলিবা পার্টি´ অমবু অসুম্না লাম্না উহল্লম্বা অসিদা থওইনা নুংঙাইতত্তুনা

বার এসোসিয়েসনগী প্রেসিডেন্টনা মসি মিজো পুন্নমক্তা খঙহন্নিংলকপগী ৱানী।

নুংথিল থেঙজিল্লক্লবফাওবদা আচার্য্যতু হল্লক্লে। ঐদি ঙসি নুংথিল পুঙ ৬ কী বসতা লুংলৈ চৎকদবনি। ঐখোয়গী আইজোলগী টেম্পোররি ওফিস ওইনরিবা বানাপা হোলগী মখাদা লৈবা য়ুমতুদা লৈরিব্রা হায়তুনা ঐ য়েংবা চৎলী। লৈরমদে। কদায়দা চৎখ্রবনো খন্না খন্না তনহন হনলকই। খর ঙমখৎলকপা লম্বীগী মতাই অমদা। তুকান অমগী মমাঙদা লৈশাৱী অমা কয়া নিঙঙাইদনা লৈমায়তুদা ফমবোয় হিপ্লোয় তৌরতুনা লৈগ্নে। মশাতু পুমহাই হাইরে। মশকস্থ ফজে, নহানি, মশাস্থ নাপ্পী। মমিৎতু নোকমি নোকমি অচৎ অওক য়েংলি। মা য়াম্না নুংঙাইরী। মীয়ামদি —, কনাস্থ করিস্থ তৌদরগুম অতুম চৎনৈ। মানা মানা থোকপা অতুম তৌনৈ। কনাস্থ মনাক্তা চঙলুদে। মতেংস্থ পাংলুদে। চৈস্থ চৈরুদে। ঐ মাবু য়েং-য়েংতুনা স্থম চৎলী। মহোয় স্বাই, লম্বিসি ওই-য়েৎ হায়বা থোইনা খায়দে, লম্বী মতা নুংঙাইবা য়েং-য়েংতুনা চৎনৈ। অমনা দোং ৱাইশিন্নকই। লৈশাবী অমা লেং-থৈতুনা চৎখী। করিস্থ খন্দবা মাল্লী। নহা ওই-বত্তুদা লৈশাবী হায়বগী ৱানী, মৌ ওইরম্বস্থ খঙৱা নত্তে। খল্লী। য়াম্না চমথোক্লখ্রবা হায়বতু ওইরে।

ঐখোয়গা উন্নবা মী লেপ্তুনা লাকই। লম্বীদস্থ প্রেসমেনশিংনা হেক্তা কোয়শিল্লী। আইজোলনা বি জে পীবু য়াম্না খঙনীংমা হোৎনৈ। য়েক্লবা ওইনা নত্তে। য়াম্না ঙক্লনি, য়াম্না ঙক্লা। ঙন্নমক ঐখোয়গী পার্টিগী ফজবা দর্শন, কৎথোকপা তারবকান্দা পেন্দুনা হন্নখি। শুস্মাইনা মী পুন্নমক্তা পাউ ফাওদোক্লবা ঙন্নবদি মিজোরাম পুম্বা বি জে পীতুম ওনখিতুনা তোক্লল্লনি।

বি জে পীগী মরু ওইবা য়ুম্ফম, ইন্তিগরেল হ্যুমেনিজম, মীওইবা পুন্নমক অমত্তনি হায়বা ৱাখল্লোন্দা পুন্নমকপু নুংশিবা অমস্থং সেবা

তৌবা হায়বা রাকম। ঐখোয়গী মরৈবাক মুংশিবা অমস্তুং নেসনেল ইন্তিগ্রেসন। গনতন্ত্র শাকপা; খুন্নাইগী অমদি সেল থুমগী মান্নবা পুরকপা, পূন্নমকপু চপ মান্ননা ইকাই খুম্নবা উৎপা অমস্তুং লৈবা য়োনবা য়াদবা ইরৈবাক ইজাতিগীদমক তৌবা রাজনিটি হায়বা ঐখোয়গী রাশকশিং অসি খণ্ডনকপদা ঐখোয়বু কনত্রৈক্ট তৌরবা অয়াম্বসি পেন্নবনি। মখোয়না খ্বায়দগী ঙকখ্রিবসি ঐখোয়গী লুচিংবশিংদি ময়ুম মকৈ পান্দে, পার্টি-গীদমক মপুন্সি কৎথোক্লবনি হায়বসি ওইরে। মসিদনিসে মখোয়না বি জে পীদা হেক্তা ব্যবহার তৌখৎখ্রিবসি।

ঙাইহাক লৈরগা পীঃ বীঃ আচায্যস্তু য়োৌরক্লে। চাকস্তু চাদ্রি হান্ন। চানবা শিল্লুরা হায়বস্তু তোক্লগে ফরক তারনি হায়। ইবান্নি মপান্দা ফমত্নুনা রারী শাই।

মতম য়োৌশিল্লকলনা ঐহাক চৎননবা শেম শাবা হোৌরে। ফি-রোল ঙম্না মম্নুংদা হাপখী। আচায্যনা শিরেমখৈ য়াদত্নুনা শামত্নুনা শাবা তাম্ভল ফিছ্র লোৌথোকই। লম্বীদা হোৌরেল য়ান্না ইঙগনি, ফি ইন্সিল্লু হায়, মানা। ঐনদি খল্লী, কয়াম্নবু ইঙলুগবনো। মহোয় ময়াংতনা পংইঙ ইঙজবনি। ঙসায়, অয়ুক্তস্তু মাদি ইঙত্নুনা খেঙনস্ম হোৌই। ঈরুজবস্তু ঈশিং অশাবনা লুজৈ। ঐদি মানা ইংথম্নীবনি হায়ত্নুনা তোৌরিবস্তু, ঙকপু ঙকলে। ঐনা সেৱার থাদোক্লনা ঈশিং অইঙবমা ঈরুজ-মায়থঙবা লোইরবফাওবদা মাদি ইঙত্নুনা হীপহোৌরিবনি। সিগী হায়রগদি বংসিদাদি লায়দেছে। ঐনা চীন শেংগে হায়ত্নুনা চঙখি বৈত্নুদা মাদি ঈরুজনবা হোৎনত্নুনা লৈরম্লে। খল্লী, অহলসি শাথীবা জাংনিহে। চহীদি হুম্ফল হেল্লবনি। ইকাই খুম্নদবা কনানা ঙমগনি। মহাকস্তু ময়ুম মকৈ পান্দনা লৈবাক্বীদমক হায়ত্নুনা থোরক্লবা মুপা অম্রনি। মাগী ময়ুম হায়বা অমা অমুক লৈত্রবনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ দগী ময়ুম থাদোক্লনা ভারতকী য়াইফনবগীদমক, মীয়ামগী সেবাগীদমক হায়বা রাশক অমদা থোক্লকপ্রবা মুপা অমনি, মাস্তু [illegible]গদি,

মুংদাংদু বম মমুংদুদা কয়াদি নিংথম্মে। ঐ, তাখ্রে ফিদু ইম্নদুনা চৎখী। খল্লী, কি অমা পায়রমদ্রবদি ফনা মারমগনিহে।

মুংথিল পুঙ ৫.৩০ তারে। ঐবু থিন্দোক্কদবা মিজো পাখঙদুগা ঐখোয়গী গাড়ী থোবা নম্দো দেগা লাকই। বংসিদা অমসুং আচয়্য গা বিদাই তৌনদুনা ঐ হোটেলদগী থোরক্লে।

টোর্চ লাইট অমত্তং লৈখিসি হায়দুনা আইজোলগী বাজারদু মুম য়েংবনি। ঐখোয়গী গাড়ীদু মুম থৌই — য়েং য়েংদুনা — থোঙ লোনবা ঙাক্তা। মহোয় স্বায় কৈথেলসি ওন্থোক্লসু ঙন্না ঙন্না খম্মরেদা। বস থাফম —, কেপিটেল ত্রেভেলসকী রাইতীং রুমদা পোৎ-চৈ থাংজিন্দুনা ফম্মী। বস লাক্লমদ্রি। কান্নদে হায়দুনা ঐবু থিল্লকপা অঙাংশিংদু থাদোকখ্রে। হোরেল লম্বীদা কোক ঙাওরকপসু খঙদে হায়দুনা, হেক থংনবদা লৈবা হোটেলদুদা চঙদুনা ঈশিং গীলাস অমা লৌরগা এবোমিন গুলী অমা চাশিল্লে। থবক তৌরিবা পুম্নমক ময়াংনি, ময়াংগী হোটেল ওইরমাল্লে খল্লী, অদুগদি মিজো লৈশাবী মচা অমা মশক ইফ ফজরদুনা ফম্মী — মহাজন ওইদুনা। আইজোলগী কৈথেলসি মুপীগী কৈথেলনী। দুকান অয়াম্বা মুপীনা ফম্মী। মশক লোইনা ফজনা উই। মশা ঙন্না নাল্লী। মমায় নাল্লী। তনৌ তনৌ লোয়না উই। ভাব তাদে। চীংলৈবাকসীদা তৌরম্লবা মথেলসিমু। ঐ মুম য়েংই। হোরেল লম্বীদা ঈশিং খোরাংলক্লরদি মুংঙাইরোই — মিনরেল ৱাটরগী বোতল অমত্তং হাপচিনখিগে হায়দুনা বস ষ্টেন্দ মনাক্তা দুকান অমা অনি হাংলিবদুদা হংলুই, ফংদে।

ঙাইহাক লৈরগা বস য়োরক্লনা ঐগী পোৎ-চৈ হাপচিল্লী। দিলক্ষ বস নিনা ঐগী ভিঃ অইঃ পিঃ কেস অচৌবদু মনিংদা হাপখ্রে। পুক্লিংদা খিত্তুংদি হঙ্গোইবা পোক্কই। মমুংতদা লুংলৈদা কেন্দিদেৎ মরিদুদা পীরুগদবা শেল খরা য়াওরী। এঃ থোকঅকা হায়দুনী হায়দুনা অদুম

হাপচিল্লে। ঐগী ফমফমতু লাইবক ফতুনা থোঙনাউ ময়া তাই। ঐগা থংনবা মিততা নহা অমা চঙলক্তুনা ফম্লে। মিজো ওইরবোই খল্লী লম্বীদা ইবাম্নি হিন্দীনা বারী শুম শাই। মাগী বাঙাঙদা মিজো ওইবগী বারী ওইনা তৌই, অতুগদি ফনা কুইরকান্দা আসামীনি হায়রকই। বেলতোলা লম্বী দিসপুরদগীনি, মফমসিদা সপ্লাইনচিংবা তৌই হায়। মিজোরামদা চকমা অমদি রিয়াশিংগী ওইরিবা ফিভম অমদি মখোয়গী পেঙ্গদবা কয়াগী মরমদা মানা বারী শাই। কৈথেলশিংস্তু এমঃ সিঃ সিঃ না পুরা কন্ট্রোল তৌই হায়। এমঃ সিঃ সিঃ হায়বদি মিজো চেম্বর ওফ কম্মর্স হায়বনি।

কাইনথংদা, ঐহাক ইলেক্সনগা মরী লৈননা পার্টিগী ওইনা লাকপনী, লুংলৈ অমস্তুং চিমতুইপুই ডিস্ট্রিক্ট অনীদগী থাগৎলীবা ঐখোয়গী মীরেপ মরীগী য়েংশিন্নবা লাকপনি হায়বদগী, মাহাক্না চোংতে, তল্লাবুং অমস্তুং বুঅরপুইনচিংবদা লৈরিবা চকমা পুম্নমক বিঃ জেঃ পীনা ফংগনি। মফম-শিংসিদা চকমানস্তু মেজোরিটি ওই। অতুগা মরম অমদি মখোয় মিজো অমদি ঙসিগী কংগ্রেস আই পামদ্রে হায়। মহাক ঐখোয়গী পার্টিগী পাউসি ইখঙ খঙলম্মী। তশেংবস্তু ঐখোয়না হন্দক থাগৎলিবা কেন্দ্রি-দেৎশিংসি খরনা চকমানি খরনা রিয়াংনি।

আইজোলগী খা-নোংচুপ থংবা শরুক্তা চাকমা ওটোনোমস দিস্ট্রিক্ট কাউন্সিল লৈ। অস্তুম্না লাখের ওটোনোমস দিস্ট্রিক্ট কাউন্সিল হায়বা অমা অতুগা পোই ওটোনোমস দিস্ট্রিক্ট কাউন্সিল হায়বা অমা থমইনা মিজোরামদা মাইনোরিতি ওইরিবা চকমা, লাখের অমস্তুং পোইশিংগী প্রোটেক্সনগীদমক লৈঙাক্লোনগী ওইবা খুদোংচাবা পীরি। মসিমক্না মখোয় পেনবা হায়বতুদি ওইদ্রি। অবাৎ অপা কয়ানা থল্লা লৈরী। মরু ওইনা চকমা ওটোনোমস দিস্ট্রিক্ট কাউন্সিলগী মনুংদা লৈরিবা লম্বী-খোং শাথীনা ফত্তে। মতীক চাবা স্কুল লৈতে। কোলেজ লৈতে। হোসপিটাল লৈতে। চকমাশিংগী য়ুমলৈ কৈরৈ, শেল থুমগী ফিভম

শাথীনা ফত্তে। মখোয়গী ফিভম ফগৎহন্নবা ওইথোকপা য়াবা মশক থোকপা থৌরাং পায়খৎপা উদে। ইন্দষ্ট্রি লৈতে। প্রিন্টিং প্রেস অমকাওবা লৈত্তে। চকমা লোলগী লাইরিক, খবরনচিংবা পুথোকত্রি।

অসিগুম্বা হীরম পুন্নমক্তা শোথনা লৈবা নোংমা নোংমগী ফংচিন্নক্তবা কয়া অসিনা চকমা পুন্নমক্কী থম্মোইদা খোয়শাউনবা, পেন্দবা অমদি লৈবা উই। ডিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলগী মন্নুংদা চকমা য়াম্না তাবা অচৌবা খুলসি কাউন্সিলগী হেড কাটরস্থ ওইরিবা কমলানগর হায়বসিগা বোরাপানস্থরিগনি। হায়রিবা মপুং ওইবা অচৌবা খুল অনীসিমক্কী ফিভম শাথিনা ফত্তে। লাইরিক লাইশু হৈবা মীওইস্থ য়াম্না লৈত্রী। হৌজিক হেজিক থবক ইনখাং তৌরিবা নত্রগা থবক তৌদ্রবস্থ লাইরিক লাইস্থ খরা হৈবা মীওইশিংসি অয়াম্বনা ত্রিপুরাদগীনী হায়। খুনশাগী মীওইদি অয়াম্বনা ইহেন হেন্দোক্তে। মপানগী ঈ-পাউ খঙলুবা লৈতনা নোমফম চাফম থোকপা খরা চাম্ন থক্লগা পুস্পিলেনবনি। তুংতিগী ওইনা থবক শুফম নোমফম লৈতবনা মখোয় তুফক তুফাই চান্না উই। মখোয়গী থবক হায়ববু চহী অমগী চানবা ফো থাবা, শিঙ য়ানবা অসিতনি। ইন্সাং নাপী কয়া থাদে, মরম অসিনা মফম অসিদা মনামশিঙ য়াম্না তাঙই। হৈ-রাস্থ ইথোক থোক্তে। খরা ফংবা হায়রগদি লফোয়তনি। লফোয়গী মহাওদি য়াম্না লৈ। ফজবস্থ য়াম্না ফজে। য়াম্না চাউবা শাংবা লফোয় মখল অমস্থ লমদমসিদা মরাং কায়না পাল্লী। কা পাল্লি। য়ুমথোঙ খুদিঙদা পান্দোং ফারবা কা পাম্বী য়াম্না হৌবা হৌনহৌরে। মনা অপাকপীসি নত্তবা খুদোল অনিমুক্তমক পাকপা পানা মনা মখল অমা মরাং কায়না ফংই। মসি মহাউস্থ লৈ।

তাং ২১। ১১। ৯৩ ইংদা কমলানগরদা লৈবা বুদ্ধদেবগী মন্দিরদা (পেগোদা) অচৌবা ধর্ম্মগী উসব অমা পাঙথোকই। ঐসু দেবর্ষীগ্য চৎলুই। দেবর্ষী খুলসিগী নহা অমনি। মহাক দিল্লিদা বিঃএঃ থারকপনি, কুংফুদা ব্লেক বেল্ট, ফাষ্ট দানসু ফংলে হায়। মাবু ঐনা চোংতে কেন্দ্র ইলেক্সন কেম্পেন কমিটিগী কনভেনর হাপ্লদগী অয়াম্বা মতমদা মাগা ঐগা লোয়নহুনা লৈ।

ঙসি অয়ুকসু মানা শঙ্গোম ক্ষির, ঙা-থোংবা থিল্লকই। নুমিৎসি, চকমাশিংগী চৈরাউবগুম্বনি, অয়ুক্কী চরাসী মথেল লুক্কোই তৌনৈ। অহাউ অথুম অমগা অমগা লান্নহুনা চামিন্নৈ। ইন্সাং লান্নৈ।

মায়কৈ শোমদা লৈরিবা চকমা নুপীশিংগী ফিভমসি য়াম্না কা হেন্না শোথরি। অয়াম্বনা লাইরিক হৈতে। তম্বসু তম্নদে। মশা মউ মোৎলী। মৌশিংনা মফি থাদোক্তুনা অঙাঙ খোম ইনবদা অতোপ্পা মী লৈ নত্রগা ইমুং মনুংগী ঙাক্তনি হায়বগী থোইনা খেৎনবা উদে। ঈরুজবা মতমদসু য়াম্না কোম:থাক্লা ঈরুজফম খোংদা নত্রগা তুরেলগী হিদেনশিংদা ইফোং ফোংনা মফি থাদোক্তুনা ঈরুজনবসু য়াওই। মসিদা থোইদোক্লা থন্নদবগুম তৌই।

ঙসিগী, "কোটি সিবর দান" হায়বা ধর্ম্মগী উসব অসি চকমা বুদ্ধিসশিংনা য়াম্না থাজনা ইকাই খুম্নদা পাংথোকনৈ। নুমিৎসিগী অয়ুক্তা মীপুম খুদিংমক মন্দিরদা লাক্তুনা ভগবান বুদ্ধবু খুরুম্মী, ইশৈ শকই।

নুংথিলগী মতমদনা বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংগী মফমদা য়ুমথোঙ খুদীংদগী মাগী মাগী পামজবা অমদি ঙমজবা পোৎলমসিং পুরক্লুনা দান তৌরে। ঐনা মন্দির য়েৌরুবা মতমদদি মী ফনা য়াম্না তিল্লম্মে। দান তৌরবা লাইরিক, বোই, কেন্দল, ধুপ, শেৎন-ইন্নবা ফি, ফৈজুপ, কাম্থনচিংবনা মন্দির মনাক্তা ফনা ৱাংনা পৈরম্মী। মতুগী হেক মনাক্তা, মন্দির চঙফমদা উ-পাম্বী অমদা লুপা তরা চৎপী, মঙা চৎপী, অনী চৎপীগী পরেংনা চরোং চরোং য়াল্লম্মী। লাইরিক, ধুপ, বোল, লৈ-পরেং নচিংবা মখল কয়াসু চয়োম শানা য়াল্লী। অস্নুন্না কৎপা অসি য়ুম অমগী মীওই অমনদি শোয়দনা উপালতুদা করিনো অমদি দান ওইনা লংনা য়ান্দুনা ভগবান বুদ্ধদেববু খুরুমজরগা কৎনৈ। উপালতু মখোয়না ভগবান বুদ্ধদেবগা য়ান্নমক মরী লৈনখ্রবা "কল্প তরু" নি হায়না খল্লগা মথংগী মপোক্কীদমক কৎচবা থাজবগী অয়োবী থৌরম অমনি।

ঙাইহাক্কী তুংদা মন্দিরগী মমাঙদা বৌদ্ধ ভিক্ষু ময়াম থোরক্লুনা পরেং শানা থাতুনা লৈরিবা ফমফমশিংদা ফম্মে। ময়ান্না মখোয়গী মাঙদা পাক্লা শন্দোক্লুনা ফম্মী। বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংনা মন্ত্র পাঠ তৌরকপা মতমদা মন্দিরদা তিল্লীবা পুন্নমক্লা অমত্তা ওইনা মন্ত্রগু খুম্মী। ভিক্ষু লুচিংবা অমনা হায়র হায়রগা ময়ান্না খুম্মী। নুপী, অঙাঙ, নহা-অহল ঙন্নমক মখুং লোন্নতুনা মমিৎ উইশিন্দুনা খুয়ী। কয়াদা থাজ-রিবা। মখোয়গী লাইরিক লাইশু হৈজদবা মপালগী ঈথক-ঈরাংগী মমি তাদ্রিবা থম্মোইশিংতুতনদি কয়াগী মতীক থাজজনা কিজনা, ইকাই খুম্নজনা ভগবান বুদ্ধদেববু কৌজরিবা।

মন্দির মনাক্তা চকমা ডিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলনা শিন্দুনা মখোয়গী কল-চরগা মরী লৈনবা মেলা অমসু তৌরম্মী। মতুদা চকমাশিংগী - মহোশাগী, নাৎকী ওইবা ফিজেৎ-লৈতেং, লীনা-ৱানা শাবা পোৎলম-চৈরম, লাইরিক্লচিংবা উৎলী। চকমা নুপীনা শিজিন্নবা ইন্নফিবু "হাদি পতোংয়া"

কৌই। শেৎননবা ফি-ফনেক্কী মখলবুনা "পিনোন" হায়। য়েংবদা মনিপুরদা হাওনা শিজিন্নরিবা ফনেক মখলসি হাইরপ মাল্লী। মখল য়াম্মী, তোঙান তোঙানবা মওংগী ময়েক থোকই। পিনোনগী ফিমায়দা অখন্নবা ময়েক থোকপা ফীবান অমা চল্লী। ময়েকশিংসি য়াম্না কুপ্পা মওংদা দিজাইন থোকই। য়াম্না লূবা ময়েক্কী। অসিগুম্বা হেন্দলুমগী পোৎথোক অসি চকমা নুপী শিংনা খুঙদা শাজবনি। মমলদি য়াম্না ওাঙই। অমদা লুঃ ৪০০/-, ৫০০/- য়োই হায়।

ধর্ম্মগী চাউরবা উসব অসিগীদমক মন্দিরদা মানা মানা লৈজবা শেৎনা-ইন্নদুনা লাক্লীবা ময়ামদু উরগা, থল্লী। খরদি খেৎনরে। মপানগী অতৈ মফমশিংদা ঐনা উরকপা, মীয়াম পূনবা, মীয়ামগী কুম্মৈশিংদা শেৎনা-ইন্নরকপা, লৈতেং তৌনরকপা কয়াদুগী থাক অদুগা খরদি খেন্ননা উরে। নুপা নুপী খুঞ্জাশিংদু হান্ন-হান্নগীদুমঙাই, অয়ুক নুংদাংগীদুদগী থোইনা মচু যৌগৎনা উদে। ফি-রোলদি অহনবা, মমল য়াম্বা শেৎনা-ইন্নরকই। অদুবু হেক উবদা তনান-তনানবা, তনৌ তনৌবা হায়বদু ওইদে।

হে মৈত্রবাক, ফজ্জকো নঙগীদি — শেৎথোরক চাথোরকপদা, মীয়াম পূল্লকপদা। নহাক্কী কেজ-মৌজবী ইবেম্মশিংগী ইচু তাবা নমথাং, ইন্নফী, মচু মমেলগী মপান নাইবা ফনেক। নত্রগা তরু তরুনা শেংলবা ধর্ম্মগী ঈহুল ফাওহনবা পুঙৌ-ফনেক, মচু তাবা ইন্নফী করিগুম্বদানা হৈজিংপোৎকী পরেং, ফজবগী পরেং। মচু তাবী ইবেম্ম-শিংগী ম্নপোপ লৈনা কোম্লপ পুনবা নত্রগা চেক্সিন্না লৈশিন তাশিনবা শম্বলদা থেৎপা নাচোম। লৈচন খনবা খুৎকী লৈতেং, ফজবতা নত্তে, লৈনমসুনী। থম্মোই হুবা।

তাং ৯। ১১। ১৯৯৩ ইংগী মুমিদাং পুঙ তরুক তাবদা ঐনা তোংলীবা লুংলৈ য়োগদবা বস অদু আইজোলদগী থোদোরকই। মিনিট তরামুক আইজোল সহরগী দুকান মরক্কী লম্বীদা, মৈঙালদা, চেলম্নগা, গাড়ীদু — পুম্নম মমবা, চীংলক্কী, ব্বারক্কী লম্বীদা চেনবা হৌরক্লে। ঙৈহাক থৌরবা মতুংদা সহরদগী খরা থাপতোক্লক্লগা চীংলক্কী অমম্বা অচিকপা মফম অমদা গাড়ীদু থাম্মী। গাড়ীদুদা তোংলিবা পেসেঞ্জর পুম্নমক তুমিন তুমিন ফম্লে। ঐনা খল্লী, কৈনোমা তৌবগী স্তুম খাম্লি-মাম্লে। ইকুই কুইদনা, ব্বা অমত্তম্ব ঙাঙনদ্রবা চীংনুংগী পুমচিক চিক-থ্রবদুদা তিন্সিন্দুনা পুমচিক চিক্না লৈরিবা বস মনুংদুদা অহল অমা ব্বা ঙাঙলকই। কনামত্তগী মখোল তাদে, মা' স্তুম ঙাঙই — ওম্লোকপা অহলনী, মাগা লাকমিন্নবা কনাগুম্বা অমদা নম্রগা মাগী লোয়নবী অহল ওইরবীদুগা ব্বারী শারীমাল্লে। অদুগদি, মাগী ব্বারীদু স্তুকতোক তোকতে, শুম শাই, শুম ঙাঙই। ঙাইহাক লৈরগদি "এমেন" হায়-রগা লেপখি। ময়ামস্তু চপ মান্নবা খুম্মী "এমেন"। কৈদৌরিবাসিদি। ঐ পুমঙক ঙকখ্রে। অদুগা অতৈ ময়ামদু মরী-মরী কুমথনখ্রে। ঐস্তু থোকই। মপান্দা ময়ামদু মপান ইপান থোক্লরম্মী। মুপী ময়াম অমা ব্বাকন অমদা, মুপীশিংদু অদুম মানা মানা থোকপা। ঐদি কয়া হৈনদদুনা খর থাপনা চংথোকই। অদুগা ময়াম মথং-মথং অমুক কাখৎনরক্কুনা মাগী মাগী ফমফমদা ফম্লরৈ।

কয়াদা হুংশিল্লবা ! ঐনা লুংলৈ য়োর'দতা খঙই শকখঙদবা অহলত্নুনা বস মম্লুংত্নুদা ঙাঙখিবা ৱাফমশিংত্নুগী অর্থ । অহীংচুপ্পা চীক্লা মমবা চীংন্নুংগী লম্বীদা, তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদগী লাকপা, তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ কয়াগী, থৱায় কয়াগী, ফজবা, অথীবা, অহল-নহা কয়াগী হকচাং কয়া পুত্নুনা লুংলৈ তম্না চৎকদবা, মফম খঙদবা, মীওইবনা উরুবা ঙমদবা খোঙচৎত্নুগী য়াইফনবগীদমক তেংবাং শেম্বীবা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবা ওইরম্মী । কয়াদা ৱাংগ্রবা ! বাঃ থাগৎনিংঙাইনি, হে পীক্লবা চীংলৈবাক ! নহাক ধন্যনি । তমগী মীনা, মপানগী মীনা — হাওরৈবাক্লী খল্লুবা মফমসিদা, কয়াদা ৱাংগ্রবা মাওইববু ন্নুংশিৰগী মতৌ অমদি ঈশ্বরবু থাজৰগী কাউঙমদ্রবা থম্মোইগী অমদি পুক্লিংগী কুম্মৈ অমা শান্নরম্মীবা । উনালক্তা চিনি চম্পা শাৎলম্লে । লৈনমসিবু করন্না কাউগনি, থম্মোইগী লৈনন্নী, থৱায়গী অমদি পুক্লিংগী লৈনম্নী ।

অমুম্না ঐনা তোংলিবা বস অত্নু লুংলৈগীদমক অমুক থৌরকই । ঙৈহাক লৈরগা গাড়ী অমুক খাম্মী । মত্নুদা ময়াম মথং মথং কুমথনখি । সিনা কৈদোদোরিনো ? য়েংথোক্লুবদা, মৈঙাল উই । বসকী থোংনাউ হাংদোক্তুনা য়েংই — চাক চাফম হোটেল অমা লৈরম্লে । হোটেল চঙফম মচিন্দুদা পোৎফম মচা মরি - মঙা ফম্মী । মত্নুদনা কা, চুরুপ - বিড়ি, হৈ-রা য়োল্লী । ময়ামদি চাক চানবা হৌনরম্নু য়াওখ্রে । ঐবু চাক চাসিরনে । হেরা খরা হেক্তা চাশিল্লগেদা খন্দুনা চঙশিল্লে । অহাঙবা ফমফম অমদা ফম্লুই । মায়োক্লবদা করি জাংনো খঙদবা ময়াং অমম্নু ফমলৈ । টেবলহদা ইবানিতা ফম্মি । ঐনা মুম চঙলকপদা, অশং - অমান য়াওবা চগেম-পোম্বা মানবা কাম্নু য়াওহৌই, টেবলদা লৈহৌরিবশিংত্নু । ঐখোয়গীমু থম্বা হৌররে । চাক পুখম অমমম, হৱাইগী তেংকোৎ অচৌবা অমা, মোরোক অঙাঙবা মেৎপা অমা । য়েন থোংবদি ইবান্নিগী তোঙান তোঙান তেঙ্গোৎ মচা

অমমমৄদা হাপলকই। ঐনা চারিঙৈদা অসামী মচাতু ঐগী অবাং-অপা লৈত্রা হংলে।

থোরকপদা, পুংদোন মমুন ফানা মুল্লবতু য়োল্লম্মী। কোমলাসু য়োল্লি, মতুদি শংত্রিক শংই। মমলদি হংবা হৈতবনিনা লুপা মঙা থাদরগা পুংদোন্দুদা খুদোম্বী থিল্লী। হৈ-য়োনবী লৈশাবীশিংদো, নোকঅদনা — লোইনমক লোখ্রো হায়। ঙাঙলীবশিংতুদি খঙবা নত্তে, খুৎনা হাই হুম্বগী মরোলতুতনি ঐনা ভাব তারিবা। ফনা য়াম্মী, পুংদোন অচৌবা তরামুক শুনি। ঐনা অহুম খাইদোক্তনা থম্লগা মহোয়গী কোম্লাতু অমুক থাংগৎলগা মিৎনা হংলুই — "য়াত্রা"? য়ারতুনা কোম্লাতুমগা পুংদোন্দুগা লৈরগা বস মনুংদা চঙলকই। ঐনা খল্লী পোৎ লৈবগী, চাক চাবগী চাংয়েং অমদি পাস তৌরে। পুংদোন য়োনবী লৈশাবীতুনসু খল্লম্বা য়াই — "ওন্থোক্লা পঙথ্রবা অমা লাক্তনা নুংঙাইরেদা।

অসুম্লা অহিংতু লেপ্তুনা থৌরকপনা, কুত কোক খুল মপা য়ৌরকপা অতুবাইদদি নোং ঙাল্লে। থোংনাউ হাংদোক্তনা চীং নাপোমদা ঈরোইননা লাকপা অহীংগী লীক্লানা চাম্লবা ঊনা বামাগী চীংগী লৈরাংগী লৈনম পুতুনা শিৎলকপা অইংবা নুংশিৎনা ঈশাদা য়ৈহনবদা ফয়াদি মুংঙাই। নাক-য়েৎতা অশংবা চীংমায়, অবাংবা অনেম্বা চীংদোল কয়া মরোল নাইনা উখি। তাম্লা খুলগী য়ুম মচা মচা অমা অনিকাসু ঊবা ফংই, চীংলক্তা ঊনা মরক্তা।

চীঙ্গোল খুনীংথেক অমা হাইদোরকপদদি, ইস! ঙৌরোক ঙৌবা মোন মোন লাউবা, ইংলবা লুপা মহিতগী পাকথ্রবা সমুদ্র অমনা অশংবা চীংলক্তদা শন্দোক্তনা লৈরম্মী। লোক্লংতু - ঙৌরোক ঙৌবা লৈচিলতনা পুমফুন ফুঞ্জিন্দুনা তাম্লা, আ তাম্লা শন্দোকখিবনি। মথক্তদা চেন চোংতুনা শান্নরুবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইগদবা মাল্লী। গাড়ীদি লেপ্তুনা চেল্লবপনা চীংমায় অমনা অমুক খঞ্জিনখিবদগী লৌচিংগী ঈপাক্ত

উবা ফংখিদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা তান্না পাক্কা অমুক উই। অস্মুন্না কে-কু ফোং-ফোং শান্নহনা লাকপনা তাং ১০।১১।৯৩ ইং, য়ুমশকৈশা মুমিংকী অয়ুক পুঙ তরেৎ মখায়রোম তাবদা লুংলৈগী বস চেন্দ, ভেংলাইদা থুংলৈ।

ঐনা বসতগী কুমথরমদাই, পুম্নিগী অহানবা ওইনা থুংলবা লমদম অমগী অহানবা উরকপা অকোয়বগী শক্তমহ, বসকী থোঙদা লেপ্তুনা অমুক্তং চাউয়েং য়েংলিঙৈদা মীরক্তগী ঐজ্ঞানা কৌরকই —'শ্যামানন্দ !'

অদুগা তহা তহা ঐবু তন্না চঙশিল্লকই। ঐস্তু হৃরাউনা কুমথৈ। ঐজ্ঞা — শ্রীশামুরাইলাৎপম মধুমঙ্গল শর্ম্ম ঐবু ওক্লবনি। কয়াদি নুংঙাই, ঐজ্ঞাবু উবদা। অস্মুন্না থেংননি খল্লুদনা, ইথা থাজদনা উন্নরবদা।

ঐজ্ঞাদি, হৌখিবা তাং ৭।১১।৯৩ ইং, নোংমাইজীং মুমিংকী মুমিদাং পুং ৭ লোম তাবা মতমদা অইজোলগীদমক বসনা সিলচর থাদোকখিমনি। মহাক্কা শ্রীপীঃ যোগেন্দ্র সিংহাগা লোয়নখি। শ্রীসিংহ সিলচরদা লৈবা বিষ্ণুপ্রিয়ানি। ঐনা মখোয়বু থিন্দোক্লুই। বস কাখৎলবা ফাওবদা ঐজ্ঞানা ঐঙোন্দা ৱাফম কয়া শিন্নরম্মী। অস্মুন্না কায়নখিবনি।

ঐনা সিলচরদা নোংমা চোম্বহৌবনি। মিজোরাম ইলেক্সনগা মরী লৈননা ফোঙগদবা বিঃ জেঃ পীঃ গী মীখলগী মেনিফেষ্টো অদু ড্রাফট তৌননবা ঐঙোন্দা শ্রীবংসিলাল সোনিনা ঙরাং নুংথিল ঐনা সিলচরদা হেক থুংলবগা শিন্নবনি। ইলেক্সন মেনিফেষ্টো অদু হয়েং তাং ৮।১১।৯৩ ইংগী অয়ুক পুঙ নিপানদা ফাইনেল তারগা নম্ননবা সিলচরগী ওফিসতা শিন্নরমগদবনি। অদুগা ঐখোয়না আইজোল তম্লক্কদবনি।

তাং ৩০।১১।৯৩ ইংদা পাঙথোক্কদৌরিবা মিজোরামগী ইলেক্সন অসিগীদমক শ্রী মধুমঙ্গল শর্ম্মস্ত নোর্থ ইষ্ট স্টেটস কো-ওর্ডিনেসন

কাউন্সিল' গী সেক্রেটরি অমা ওইনা অকনবা থৌদাং য়ারী। অসুন্না হকথেংনবা থবক্কীদমক ঐজ্ঞাগা ঐগা তাং তরুক, থাংজ নুমিৎকী মুংথিল পুও অহুম লোম তাৰদা প্লেননা ইম্ফাল থাদোরকখিবনি। সিলচর য়ৌবদা নুমিৎ তাগদৌরে। সারকুইট হাউসতা শ্রীবংসিলাল সোনিগা পিঃ বিঃ আচয্যগদি হান্নবা থুংলতুনা লৈরম্মে। ৰারী ৰাতাই ঙাইহাক তৌনরিঙৈ — সিলচরগী পার্টিগী ওফিস বিয়ারর খরা লাক্তুনা মখোয়গা শকখঙ মায়খঙনৈ।

অসুন্না লম খাইদোক্লগ্রবা ঐজ্ঞাগা থেংনরবদা, ঐজ্ঞানা ঐবু ওক্লগ্নদা ওম্থোক্লা নুংঙাই। অহানবা থুংলবা লমদমদো অনৌবা ওইরকখিদে। করিসু কোইরকখিদে। হোটেল অমদা চা থকই। বাঙ্গালী অমসু চঙলকই। মাগসু ঐজ্ঞানা শক খঙনহল্লী। ঐনা থুংলদ্রিঙৈদা শ্রীশিশির চক্রবর্ত্তি হায়বা লুংলৈদা লৈবা ভদ্রলোক অমসু ঐবু ঙায়বা য়াওরম্মনি, তঙাই ফদবা থবক অমা লৈবদগী অমুক চৎখিবনি হায়তুনা তম্মী।

তেক্সি অমা ফারগা লুংলৈ সারক্যুট হাউসতা চৎলী। ফার্ষ্ট ফ্লোরগী রুম "লিলি" দা ঐজ্ঞা থুংলম্মী; ফমুং অনী লৈবা কানিনা ঐগী অতোপ্পা কা অমা তোঙান্না লৌরুদ্রে। ঙাইহাক বারী-ৰাতাই তৌনরগা ঐ ঈরুজবা চঙই। ঐনা ফি-রোল হোংলিঙৈদা ঐখোয়গী কেন্দ্রিদেৎশিং লাকনৈ। ঐনা পুরকপা অখন্নবা পর্টিগী বেদজ অমমম শকখঙ মায়খঙনবা ওইনা কেন্দ্রিদেৎশিংদা থেৎলী। ঐখোয় হরাউনা খুৎ শোক্লতুনা ৰারী শানৈ। মীথলদা মায় পাক্লবগীদমক আশির্বাদ পীনৈ। মখোয় চন্না অমদি নোল্লুক্লা উই। তুংদা কময়দৌরক্কদগে হায়বদি খঙদ্রি।

চাক তাক্লতুনা ঐজ্ঞাগা ঐগা চাক চাবা ডাইনিং হোলদা কুমথৈ। হৰাই, সবজী, আলু ভাজা তৌরম্মী, ফনা হাউই। ঙাসু ফংই হায় অতুদা ঐনা ঐজ্ঞা য়াওবনিনা চাররোই হায়তুনা চারুদ্রে। ঐজ্ঞানদি চাও হায়বনি। খানসামা ওইরিতু নহানি, বেন্নু কৌই; বঙ্গালীনি। য়াম্না লুনা, কিজনা ঐখোয়গী সেবা তৌই।

লুংলৈ সারকুযট হাউসকী তোপ-তোপ্পা মশক অমনা মাগী কা-শিংগী মমিং অমমম থোল্লী। মতুংসু লৈগী মমিং ঙাক্তা নম্বর থাদে। পেনজী, অজালিয়া, দালিয়া, দেফোদিলস, লোতস, লিলী, ওর্কিদ, অস্মুন্না……। ঐনা ফাগী তৌই —

— “ঐজ্ঞা ঐখোয়’ সি লোতস ফংলনিবু, লিলী য়োৌরক্লবনিনা।” হায়গুম্মতুনা হেক থংনবা কাহু লোতস ওইরম্মী — ঐখোয়গী পার্টিগী সিম্বোল। মতুংদতুম লৈনিংলকই।

চাক তোকপগা, পাব্লিক কণ্টেক্ট তৌসি হায়তুনা ঐজ্ঞানা ঐগা খোঙনা সুম কুমথরুই। পাব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়ারিং ডিপার্টমেন্ট তা এসঃ ডিঃ ওঃ ওইবা শ্রীশ্যাম সিংহ, মাগী ডিপার্টমেন্টকী গাড়ীদা লাকপা থেংনৈ। ঐখোয় উবদা গাড়ী খামতুনা কৌরকই। ঐজ্ঞাসু লেম্না মাঙহন্দে, মিষ্টর থানসৈআ খোয়’ ফাওবদং থিল্লম্বা ঙমগদ্রা হায়-তুনা হংই। হরাউ হরাউনা ঐখোয়বু মাগী জিপতুদা থিল্লম্মী। ফরবসু ফত্রবসু মাবু তম্বীরকপা ওঝা অমনা হায়বনি অতুগীসু মথক্তা পার্টি অমগী লুচিংবা অমননি। ফনবু থাপ্লম্মী, মিষ্টর থানসৈআগী ময়ুমতু টেক্নীনগা চৎলম্মদি লুপা ফনা য়ামগনি। শেলদি লায়রবুনা থিবতুম ফনা ৰারমগনি। শাংনা শুম শুম থোৌরগা, চান্দবারীগী চীংলম্বীশিংদুদা থেক্তুনা থেক্তুনা পংচংতা চৎলী। অতুগা শুম আ…… মখা তান্না লৈ-লৈতুনা থোৌথরক্লগা মাগী ময়ুম য়োৌরে তাক্লকই। মিষ্টর শ্যামগী ডিপার্টমেন্টকী গাড়ীহু ৰায়ারলেস সেট অমা ফিত তৌই। এসঃ ডিঃ ওঃ গা হায়বতুদা সিভিল এডমিনিস্ট্রেসনদা লৈবা লো এন্দ ওর্ডরগা মরী লৈনবা, মেজিষ্টরিয়েল পাৱার লৈবা ওফিসার ওইরমায়ে খল্লুই, অতুগদি পাব্লিক হেলথ ডিপার্টমেন্তকী সব-ডিভিজন অমা পুবা ইঞ্জিনিয়ার ওই-রম্মী। লৈরক অমগী শৈশক অমা হায়বতুনি। চঙখিবদা মিস্টর থানসৈআ লৈরমতুনা উন্নৈ, ঐজ্ঞাগা হরাউনা কৌনৈ। নুপাহু জেন্তল-

মেননি, মশকসু ফজে, ইংই, য়াম্না চীং-লেম্মী। মিজোরাম পোলি-টেক্নিক ইন্সটিট্যুত-তা ঐজ্ঞাগা ওঝা ওইমিন্নরম্বনি। মহাক মনিপুরদা চাউরাকপা মহৈ মশিং তম্লকপা মীওইনি।

মাগীদা থৈরিয়েট পাস্টোরেট কাউন্সিলগী রিভরেন্দ অমসু ফম্লম্মী। মাগা ঐখোয়গা শকখঙ মায়খঙনৈ, মমিং এইচঃ কিল্লুআইয়া কৌই। মাহাক্সু ঐখোয়গী পার্টিগী মরমদা চিংনবা লৈবশিংতু কন্না তকখৎলকই। ঐজ্ঞাগী ভাষনগা ফবগা মা পুম্নপং পংথখিতুনা বিঃ জেঃ পীঃ গী সিম্পে-থাইজরতুম ওন্থোক্লম্লগা লাকই। ৱারী ৱাতাই লোইরগা ঐজ্ঞাগা ঐগা অমুক সারক্যুট হাউস তম্না হল্লকখি। ঐখোয়বু মিস্টর থানসৈআগী জিপসীনা থিল্লকই। ঙসাই লাকখিবতু নত্তবা অশম্বা লম্বীদা গাড়ীতু থোদোরক্তুনা মাগী য়ুমদগী খরা লৈথোক্লক্লগা মুঙ ঙাক্তুনা চল্লগা শেম্বা চুমদ্রিং চুন্না ঙমখৎখিবা লম্বী অমা লৈরম্মী মতুদা ঐখোয়না তোংলিবা জিপসি অদু ঙঙলতুনা তপনা তপনা ইনখৎলকই। ফনা শাংনা অসুম্না থোগৎলক্লগা লুংলৈ সিভিল হোসপিটাল মপাদা ফাঙ-গৎলকই, মসিদি মেন রোডনি। মফমসিদগীদি সারক্যুট হাউস লাপত্রে।

নুমিৎসিগী নুংথিল পুং মঙাদা কেন্দিদেটশিংগা পুন্না উন্নসি হায়-তুনা ঐনা হায়খি। মতুগী মতুং ইন্না ঐজ্ঞাগা, সিসির চক্রবর্ত্তীগা ঐখোয় অহুম ভেং-লাইদা লৈবা ঐখোয়গী মতম খরগী ওইনা হাংলিবা পার্টি ওফিসতা চৎলী। শ্রীমতী স্নেহদিনি তালুকদার লৈরম্মী, ৱার্কর ময়ামসু ঐখোয়বু ঙাইতুনা লৈরম্মী। ঐখোয় ৱারী ৱাতাই শান্নতুনা, মরু ওইনা পার্টিগী দর্শন খঙহন্নবা হোৎনৈ। ঐজ্ঞানা বাঙ্গলাদা ভাষন তৌই। চাকমাশিং অসি অয়াম্বনা বাঙ্গলা, খঙই। মখোয়গী লোল অসি বাঙ্গলা অমদি আসামিগী মশক খরা থুগাইরগা থোকপা লোল ওইনা তৌই। খোন্থোক্তী কত্তক য়াক্তক তৌই। তাবদা, খরা থাক নেম্বা বাঙ্গালীশিংগী লোন মাল্লী। আসামীদা হোগী উচ্চারন য়াম্না য়াওবগুম মহোয়গীদসু তৌই।

মারী মাতাই তৌরিগেদা সিফাই অনী চঙলকই, অদুগা চে অমা লান্সিন্নকই। মবান্নিমক মিজো ঙাক্তনি, য়াম্না নহানি। য়েংবদা এক্তিব য়াম্না ওই, দ্রেশস্ স্মার্ট ওই। মিজোরাম আর্ম পোলিস ওইরম্মী। শ্রীমতী শ্নেহদিনি অমসুং শ্রীপ্রোদিপ চকমাগী সেক্যুরিটিগী-দমক জোইন্নিং রিপোর্ট তৌরবনি। কেন্দ্রিদেৎ অমগীদমক স্তেনগন, কারবাইন পায়বা সেক্যুরিটি পার্সোনেল অমমমতমক পী, হংলুবদা ষ্টেটকী ওইনা কেন্দ্রিদেৎশিংদা অমমমতমক পী, অদুগা হৌক্লিক্তি, মিজোরামদা থোইদোক্লা ফংত নুংদা থোকপা য়াবগী চিংনবা লৈনদ্রে, লো এন্দ ওর্ডরগী ফিভম মপুং ফানা সান্তিনি হায়।

মহোয়সিবু কমদৌরিজাৎনোনে হায়ন্তুনা এৈনা লুংলৈগী ডিঃ সিঃ উন্নরুই। মফমসিগী ডিঃ সিঃ ওইরম্লীবা, মিষ্টর গুপ্তা ময়ুম মকৈ পান্দ্রিবা পাখংনি, ইউঃ পিঃ দগীনি। য়ান্না ইওই, তপ্পী। মানস্থ হায়— "পুরা সান্তিনি, করিগুম্বা মখল অমত্তগী চিংননিংঙাই লৈতে।" ওস্থোকপা হায়দুনি, লৈবাক শেৎ কায়বমথৈ লাল হৌরম্বা, নোংমৈ মখোল তারম্বা লমদম অমদা হাৎন শুননি, ফুন-চৈননি হায়বগী অকিবা লৈত্রে হায়রি। এৈখোয়গী সনানা ময়ুং কাবা লুপানা মফেল চনবা লমদম — মনিপুর সনা লৈবাক্তুদা ঙসি শিৎলিবা ফোং-ফোং শাবা ঈগী মনম চেনবা নুংশিংতুগা কয়াদা খেৎনরম্লিবা।

ঐস্থ হান্না উববুদি ফংলবনি। সার্ক্যুট হাউসতা হেক চঙফম্নগী ফক্লাং কাচিন্দা থি-নোৎ-থি রাইফল মঙা তরুক পুল্লপ ঙাশিন্দুনা থম্লগা মিজোরাম পোলিসকী পার্সোনেল শিংতু মপান্দা নুংশা য়াইহনা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলম্মী। নোঙমৈ লাকখিনি হায়বগী চিংনবা লৈতবা, খুদক্তা নোংমৈ শিজিন্নদবা য়াদবা থৌদোক থোক্লকপা য়াই হায়বগী চিংনবা লৈতবননি। এৈখোয়গী সনা লৈবাকতুগী পুলিস কম্যান্দো কা হায়নবশিংতুনা মীপুম খুদিংবু য়েক্লবগুম য়েংতুনা মতম পুন্নমক্তা নোংমৈ চীংতুনা লৈঘতুগা কয়াদা খেৎনরিবা। মফমসিদা পুলিস অমত্তনা মীয়াম্ব তাথীনা লাউবা চৈবা তাদে।

ঐনা স্থম লাকপদা হুইশেল ফি্ ফি্ খোংবা মফি মরোল হুমদ্রাক হুমদ্রাক শেৎপা পুলিসশিংনা মী অচং-অওক খাম্বা, রিক্সো, মোতোর সাইকল, স্কুটর খাম্বা অতুগা খুৎ শোক্লরগা থাদোকপা মফমসিদা অমফাও উদে । পোৎ-চৈ পুরকপা উরগা কৌশিল্লগা ফাক ফাক্তনা য়েংলগা পৈসা খরা লৌরগা থাদোকপা পুলিসস্থু উদে। য়ু থকপস্থু, থক্তবস্থু, য়ু থকপা নত্রা, কদায়দগী লাকপনো, কদায়দা চৎতোয়নো হংলগা ফাজিনবা নত্রগা পৈসা লৌৰা পুলিসস্থু উদে।

মিজোরাম, নঙসি মুংঙাইজরম্লিদা ! পুলিসতগী সান্তী ফংবা হায়বসিস্থু মুংঙাইগ্রবা অমনি। পুলিসকী গাড়ীশিংনা লান চংপদোনা নোংমৈ থিন্দোক্তনা ত্রিগর চিঙতুনা মীরক্তা, বাজারদা কন্না কন্না থৌজিনবা; মীয়াম্না কায়তুনা চেন্নবা মফমসিদা উদে।

মহোয় স্বায়দা, পুলিসনবু মী খ্বায়দোনা অতুম চংনবা উরুবদা ঐদি ঙকখ্রতুনা, হেক থুংলবা মুমিৎতুদগী স্থম য়েংলক্লিবনি। নোংমস্থু লুংলৈগী বাজার ভেংগী টেক্সি ষ্টেন্দ মনাক্তা নুপা অমা জিপসি থৌতুনা লাকই। ঙাইহাক খাম্নগা, মমায় লৈনবা গাড়ী মনিং হনগে তৌবদা পুলিস পার্সোনেল অনীস্থু মনীংদা লৈবা উই। অমদি নাইট কেপকা উপ্লতুনা এসঃ আইঃ বু মাল্লী। মাগী গাড়ীতু অতুম মনিং হুজিল্লী। লেপ্তে, থৈদোক্তে। পুলিস অনীতুনা হন্দোক্লগা গড়ীতুগী লম্বী পী। ঐদি স্বায় লাউখ্রবনি; কমদৌনরনিসিদি। মতুদবু —

— "নম্মিৎতু উদ্রা. ঐখোয় লৈরিসে।" হায়তুনা জিপসি থৌবা নুপাতু গাড়ীদগী চিংথরগা মমায় মমিৎ খঙদনা ফুজিনৰিদ্রিবা, মাগী গাড়ীগতু ফাতুনা থানাদা পুদ্রিবা —, সিবু ঙকখ্রবা ৰা নদ্রো ? অতুবু মহোয় স্বায়দদি মতু উদ্রে। তৌনদ্রে। কমদৌরিজাৎনো ?

তাং ১১। ১১। ৯৩ ইং, অয়ুক্নী, ঈরুজ মায়থক্করগা মী-পোং খরা উন্নসি হায়দুনা ঐজ্ঞাগা ঐগা থোকই। লুংলৈদা মৈতৈ মচাবু ফনা য়াম্না লৈরম্মী। ৱাইঃ ইবোয়াইমা হায়বা অমসু পাৱার হাউসতা জুনিয়ার ইঞ্জিনিয়ার ওইদুনা লৈরম্মী। মাগী দা চঙলুই। সাইগীদা বেল্লীবোল কোচ ওইমা লৈরিহায়বা অমসু খেংনৈ, মাসু ইম্ফালদগীনি। ইবোয়াইমাগীদগী হল্লকপদা মিস্টর লিয়ান চিমা ছোংতেগা শকখঙ মায়খঙ মায়খঙনৈ। মহাক "লৈত্নাং পুই" হায়বা মিজো লোন্দা ফোঙবা খবর অমগী নিউজ ইডিটরনি। অদুগা এমঃ এনঃ এফঃ কী লুংলৈ ডিষ্ট্রিক্ট কী সেক্রেটরিসু ওইরি হায়। এমঃ এনঃ এফঃ কী মায়কৈদগী ঐখোয়গা ৱারী শান্ননবা কন্না হোৎনরকই। ওল ইন্দিয়াগী ওইবা বিঃ জেঃ পীঃ গী ঈহৌ অমা লাকপসিদা, তেনগ্ৱবা মতম খরসিদা মিজোরামদসু পার্টি সিগী মনিল অমা নাইরকপগুম উই। সেক্সন কয়াগী মীওইশিংনা ঐখোয়গা উন্ননবা হোৎনরকই।

মুংথিলদু ঐনা শকখঙ মায়খঙনবা ওইনা লুংলৈগী ডিঃ সিঃ দু উন্নরুই। উন্নবা চংত্রিঙৈদা সার্ক্যুট হাউসতগী টেলিফোন্না এপোইন্টমেন্ট লৌবনি। মাগী পীঃ এসঃ না থবক চংননবা থোক্লক্লে বোম্না উন্নবিরো হায়রকই। অদুবু ডিঃ সিঃ না লাকপীরো হায়রে হায়দুনা পিঃ এসঃ না টেলিফোন অমুক তনতৌ-তৌরকপদগী ঐজ্ঞাগা ঐগা মাবু উন্নরুনবা কুমথৈ। কুমথৈ হায়রুবগী ৱাদী দলান মথক্তগী মখাদা কুমথবা নত্তে, ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসিদগী নেমথখিবা চীংগী

ডমথবা লম্বীদা চংপনি। মফমসিদা লৈতেম মান্নবা লৈবা চুমথ্রিং চুম্বা লম্বী অমফাও লৈতে। ডম্নমক কাখৎপগা কুমথবগা মথেক মথেক থেকপা লম্বী মচা ডাক্লী। অহানবা থুংলবগীতুদি ঐ মহা ওই নাবনা। খুবোম ভনীসি পুমচিক চিকখিতুনা, নুংদাংতু আইওদেক্স তৈতুনা হোংনৈ।

ঐখোয়না লৈরিবা সারকুয়টি হাউস অসিগী হেক মখাদা ডিঃ সিঃ গী রেসিডেন্স লৈরে, মতুগী অমুক মখাদানা মাগী ওফিস লৈ। চিংদোল চীংদোনগী চীংশাদা কক কক্তুনা মথং মথং লৈনখিবা চয়োম শানা লৈবা য়ুমগী মরোল মরোল নাইবা লুংলৈ টাউনগী শরুক অমনি।

ওফিসকী থোংজিন্দা লেপতুনা পিঃ এসঃ না ঐখোয়বু ওক্লম্মী। মথং মথং ফাওতুনা পুশিল্লগা পন্দনা ঐখোয় ডিঃ সিঃ না ফম্লীবা কাতু য়ৌই। মখল মথেলগী বারী ডাইহাক শান্নরগা ঐনা ঐগী ইলেক্সনগা মরী লৈনবা বাফমলোমদা চংথৈ। দরকার লৈবা মেটরিয়েলশিং লৌই। লুংলৈ ডিষ্ট্রিক্টকী কেন্দ্র অমদি পোল্লিং স্টেসনশিং তাকপা মেপ অমসু মঙোন্দগী লৌরকই। মাগী ওফিস কমপ্লেক্সসিদা থেইদোক হেন্দোকপা অমা হায়রগদি য়াম্না রাংবা য়োৎকী য়ুম্বী অমদা ইকোই কোইনা মতোন্দুদা মশা নিপান লোংথোক্তুনা সোন লেমপ নিপান থানবতুনি। মসি অহিংদদি য়াম্না ফজে। অতুগা মসিগী অকোয়বা মফমবুনা ফনা থাপ্পা মফমফাওবা পুমঙান ডালহন্নী। সিমদি ওম্হোক্লা ফজৈ, মফমসিগা ওম্হোক্লা পক্লে। অহিংদদি য়াম্না থাপ্পা মফমদগী লেম্পসিমদি ময়েক শেংনা হেক্তা মউরে। লুংলৈগী মায়কৈ হেক্তা লেপ্লে।

নুংথিলগী পুঙ তরুক তা ঐখোয় জুনিয়ার ইঞ্জিনিয়ার শ্রীইবো-য়াইমাগীদা চাক চাবা চৎকদবনি। শ্রীসিসির চক্রবর্ত্তিতুসু হৌবিখিসি হায়নবনি অতুবু ডিঃ সিঃ গা উন্নরুরগা থোক্লকপদা মমশিন্নক্লে। চৎল-সিদা হায়তুনা ঐজ্ঞা ইবান্নিতমক পবার হাউস তম্না লাক্লে। মৈগা থানদবগা, ঐজ্ঞা ইবান্নি লাকপতু লম্বী খঙবোই খঙদবোই

ঙসাই অয়ুক লাক্লম্বত্থ নিংশিং নিংশিং চৎপনি। ঐনা মাঙ থাত্থনা প্রপ প্রপ সুম চৎলী। ঐঙ্গানত্থম ফাগী তৌই —,

—"হান্না য়াম্না খঙবা লম্বীদৌনবু চৎলিনে নঙবু।'

ঐদি লম্বীত্থ কাউদ্রি অত্থনা অত্থম চৎপগী রানী। অসুম্না মাগী য়ুমত্থদা চুমদ্রিং অত্থম চঙশিল্লে। ইবোয়াইমা লৈয়মদে। ঐঙ্গা ইবান্নি চঙত্থনা মাগী ফমফম কাত্থদা ফম্মী, টি ডি থাগৎত্থনা য়েংই। মাগী থবক-ইনখাঙ নোম্ননবা সিলচরদগীনি হায়বা মৈতৈ অমা লৈরম্মী।

ঙসাই অয়ুক মাগী ময়ুম থিরকপদদি ফনবু রাবনি। টেক্সিদা লাক্লগা পৱার হাউস মমাঙদা কুমথরৈ। অহানবা হংবদা খঙদ্রে। কাম্নদে হায়ত্থনা পাৱার হাউস লৈরিবত্থদা হেক্তা চঙশিন্দুনা "পু সিং" গী য়ুম হংই। ডিজল জেনরেটর অমগী অচৌবা ফ্লাই হুইল অমা পান্সীন্নবা হোৎনরম্বা মিজোত্থ নহানী। উমঃ আঃ খরা হায়রম্নগা ঐখোয়বু পুত্থনা থোরক্লে, মপান্দা লেপ্লগা মপা তাক্কদৌরিমাল্লে খল্লী, করিসু হায়দে। অত্থগদি মানা মাঙ থাত্থনা লম্বী অমদা শুম কুমথখী, ঐখোয়সু শুম ইল্লে। থেকতোক থেকচিন ঙৈহাক চৎলগা ইবোয়াইমাগী কাটর ফাওৱা থিল্লম্মী। অত্থগা নহাত্থ চংখী। মাগী য়ুম খুত্তাক্তুদা ঐঙ্গা ইবান্নি য়েংনৈ।

ঐনা খল্লী — সিনিদনা "ত্লোম ঙাই-না" হায়রিসিদি। মিজো-শিংগী লমচৎ — মীগী মতেং পাংবা, মোরেলগা য়াম্না মরী লৈনবা মখোয়গী খুন্নাইগী অৱাংবা চৎনরোল অমগী মপুং ওইবা য়ুম্ফমনি থাজ-নরিবা "ত্লোম ঙাই-না" হায়বা রাখোল অসিগীদমক মিজোশিংনা চাউথোকচৈ। রাইহৈশিগী চপ চাৱা রাহন্থোক পীবা রায়। অত্থবু মপুঙ ওইনা ফোঙদোক্লীবদি, মীবু মতেং পাংবা, নুংশিবা, অমগা অমগা তেংবাংনবা, মীয়োক মীচান ফবা হায়বনচিংবা রাংথ্রবা রাংউলোন অমনি। লম্বী থোংনগা ফত্তবগা মিজোশিংগী পুন্সিদা খুন অমদগী খুন অমা

লানবদা খোঙনা মুমিৎ কয়ানি চৎপা তাই। ঙসি পৃথিবীনা সাইক্লকী অয়ৌবি থাক্তা চাওখৎলবা মতমসিদা ফাওবা মিজোরামগী খুঞ্জাশিংদি চেংজেল পুদুনা খোঙনা চৎলী। অহিং কয়া; নুংথিল কয়া খোঙনা চৎলী। অসিগুম্বা খোঙচৎতা, য়ুমদা থুংলৰা লম্বী চৎপা অমবু পীজ পীথক্কনা য়ুমদা পোথাহনবা অমদি মখা তানা মাগী খোঙচৎকীদমক চেংজেন য়োমদুনা হাপখিবগী চৎনৰী অসি মিজোশিংদা মখোয়গী "তেলাম ঙাই-না" না পীবা খুদোলনী।

অসিগুম্নবা তাঙলবা মীওইবগী লীচৎকী ওইবা পারা অসি মিজো-শিংগী — অরীবা খুন্নাইলোন্দুগী পোথোক্নী। মতমদুদা মখোয়গী মরক্তা অসিগুম্বা গুন অসি চেনবা মীওইশিংবু খুনগী খুল্লাকপনা মনা মথুম চাউনা পীদুনা মীয়াম মাঙদা ইকাই খুম্নবা উৎলী। অসুম্না নুংগী ওইবা মীওইবগী ফজবা পুকচেল চাউবা অমদি নোল্লুকপা অদু খুন্নাইশিগী খুন্নাইরোলনা চহী-চা কয়া য়োকতুনা লাকখী হায়।

ঙসি খৃষ্টান লাইনীং চংলবা মতমগী চাওখৎপগী মঙাল অমদি মহৈ-মশীং ফংলৰা ঙসিগী মিজোশিংনা কদাইফাওবা মতমদুগী চাও-খৎচদ্রিঙৈ অহলশিংদুনা তাঙখিবা "তেলাম ঙাই-না" গী পুকচেল, ফজবা অদুগী শরুক মখোয়গী মশাদা চেল্লীদগে হায়বদুদি খঙলুবা ঙমদ্রে। ফজবদুদি থায়নগী তাবুম্নংগী ফিদুপতুনী। ফিরক্তা য়েপতুনা লৈরম্বা লৈদুনী লৈনম চেনখিবা, সিঙঙেলদুনী লৈশক হেনখীবা!

মিজো লোন্দা, ইকাই খুম্নবা নুপাবু "পু" কৌই। মরম অদুনা সিংহ তাবা মৈতৈ অমা ওইনা পৱার হাউসতা শ্রীইবোয়াইমাবু 'পুসিং' হায়রগা ইখঙ খঙনৈ হায়। বিঃ বিঃ সিঃ গী প্রোগ্রাম য়েংলিঙৈদা "পু সিং' লাক্লে। শ্রীবাইঃ ইবোয়াইমা হায়ববুদি "পু সিং" হায়বনদুম হেন্না চুসিন্নথোকখ্রে। হায়বসু হেক্তা হায়নিংলে। মসিমু লমদমসিগী মগুন অমা ওইরমাল্লে। পৃথিবীদা লৈরিবা মরু ওইবা অরীবা লোল

অমদি সংস্কৃতনচিংবগী মরক্তা অমগা অমগা মান্নরিবা মরম — মসিগী হীরমসিদা রিসার্স তৌরিবা নোংচুপকী লোলগী পণ্ডিত খরগী রিপোর্ট অমা বি বি সি দা ঔরকই। ফনবু সুংঙাইরুই। টু…ত্রু…নঙ্গগা ……দো, টেন হিন্দিদা দস, ত গা দ গা…… ওইবগুম তৌবা; শাগৈ অমগুগী ওইনা তৌবদোনা তৌবকা ময়ামসি নৈনৈ। ঐনবু সুম খল্লম্লিবনী। মিজো লোলগা মৈতৈলোনগসু মান্নবা লৈ, চপ চপ মান্নবতুম য়াওই। হাইফেৎ মান্নবকদি য়াম্না থেংনৈ। মসিবু কমদৌ-রিজ্ঞাৎনো, ঙক্লিবনি। ঐদি লোলগী মরমদা খঙবা মীগা নত্তবনিনা নৈনরুফমসু খঙদবা।

মিজো লোলদা অমা অনিসি অহৌবগী বাহৈ "অ" গী মতুংতা "প" শিজিন্নরগা — পখৎ, পনি, পথুম, পলী, পঙা, পরুক, পসারী পরিআৎ, পকুআ, সোম, হায়। নমিং করি কৌই? তুংগে ইমিং? কদাইদা? খোঙাই? ইমান মান্নবদোনা তৌই। তৌবতবু মখোয়-গীসিনা, খোম্থোকী, তোনগী অনেম অবাংদা, চিংথোক চিংশিন্দা মৈয়ৌ খরা হেপ্পিল্লী। ঐনা মান্নবা ফনা তন্মী, তাবা ঙমদে। ইলায় হেক লায়না ঐ মিজো অলফাবেৎতগী হোরে, ফেল ওইবসি — মতুদা য়াও-রিবা "ত" মখল অনীত্থু অমদি ঙন্মী অত্থুগা অমদি মালহনবা শুকঙম ঙমদ্রে। ঐবু ময়েক তম্নীরিবা মিস মাপুই না কয়াম নোকই, মমাসু মচেসু পংনোক্তা নোকই। অকোনবগী "ত" গী খোম্থোক্ত, লৈতোন নম্নগা "চী" হায়বগুম্না তৌই। মিজো অলফাবেৎসি রোমান স্ক্রিপ্ট তগী মশক খরা লৌখৎলগা, মখোয়গী খোম্থোকা চান্নবা শেম্বনি। সোর্ট হেন্দগী ময়েক পাবদোনা পাই লন্দন য়ুনিভর্সিটিগী ইঃ জেঃ এঃ হেন্দরসনগী মোত মতুং ইন্নদি মখোয়গী লোনসিদা খেৎনবা অনেম অবাংগী তোন মঙা ফংই হায়।

মিজো কাঙলুপকী ওইবা ময়েক লৈতে। মখোয়গী বারীগী মতুং-ইন্না ঈশ্বরনা পীবীবা মখোয়গী ওইবা অইবা লোন, হায়বদি ময়েক

লৈরম্মী, অদুবু মদু শা মউন্দা ইবদগী হুয়না চাথোকখিদ্রনা মাঙখিবনি অসুম্না থাজনৈ। অসিগুম্বা থাজনবসি, অবাং-নোংপোক লমদমগী ত্রাইবেলশিংগী মরক্তা পনবা য়াবদা-তাংখুল, মাও, কবুই অমদি অতৈ ত্রাইব কাচিন, কারেন লাহু, বা, আখা, লিশুনচিংবগী বারীদসু ফংই। খেৎনবা অমত্তংদি, কাচীনশিংগীদি হুয়না চাখীবা মত্তে মখোয় মশানা চাথোকচখিবনি হায়। অসিগুম্বা বারীসি থাইলেন্দগী অবাং-নোংপোক লমদমদা খুন্দারিবা কুই সিংগীসু লৈ হায়।

পু-সিং গী চাককৌবদু ফনা নিংথিজনা লাঙঙম্মী। ঐজ্ঞাগীদি ঙা চাদবনীনা মনা মশীং থোংবা, কারোন ঙৌবা, হঙ্গাম থোংবা, হবাই, খামেন অতাওবনচাংবা তৌরম্মী। মথেল মচা মচা খরসু য়াওই ঐখোয়গীনা ঙা-থোংবা, মনিপুরদগী পুরকপা সোইবুমগা ঙা অতেকপগা থোংবসু য়াওই। মথেলসিংদু ফনা ফৈ। চাককৌবগী মরমদি ইবো-য়াইমা, ঐজ্ঞাগী পোলিটেক্নিকী ছাত্রনী। মাগী ওঝাবু ইকাইখুম্না উৎচবা ওইনা, অমদি য়াম্না হরাউজনা, য়াম্না নুংশিজনা চাক কৌজবনি ঐগীনা খুদোংচাবসি ফংলুবগী বাতনী। ঐনা খল্লী, ইঞ্জিনিয়ারগী ওঝা ওইবসিদি নুংঙাইবজাৎনিহে। ইঞ্জিনিয়ার তমখিবা অয়াম্বা, লোইন-মকপু হায়বা য়াইদা মতমসিগী মশক নাইবা মী অমমম হায়বদু ওইনদুনা মফম মফমদা চাইথোক্ত্রনা লৈনরম্মী। অদুনা চৎলু চৎলুবদা অদুম নুংঙাই।

তাং ১৪ । ১১ । ৯৩ ইং, নোংমাইজীং মুমিংনি। ঐখোয়গী কাওবুদু বোরোপানস্থরীগীদমক অয়ুক পুও ৯.১০ তাবা মতমদা লুংলৈ সার্ক্যুট হাউসতগী খোওশাল্লকখি। এম্বেসেদর কারদুদা ঐখোয়গী পার্টিগী ভাইস প্রসিদেন্ট অমুগা রাজ্য সভাগী এমঃ পীঃ শ্রীবিষ্ণুকান্ত শাসত্রীগা শ্রী পীঃ বিঃ আচার্য্য গা তোংই। জিপতুদনা ঐগা চোংতে কেন্দ্রদা ঐখোয়গী মীরেপ ওইরিবা শ্রীনিলমোনী চকমাগা তোংই, মার্কর খরমু য়াওই। লম্বী অকবনি, মেন রোডনী হায়রিবা লম্বীদুদা এম্বেসেদর কারদু লুহোংবগী গাডীদোনা থৌরকই। ঐখোয় জিপতুদি খেয লম-জেলদোনা তৌরে। লালফেল্লানা য়ং য়ং হেক থোগংলী, কারদু উরক্ত-বদা ঐনা খামখো হায়দুনা হেক খামহল্লী, উন্নরুকান্দা ঐখোয়গীদু শং হেক চেল্লী, ঙৈহাক লৈরগদি চীংলম্বীগা ওইরে, পাংথাপ খাপ্পমক নক্রবমু হেক্ত উনদে। অমুম্না ঙাইনা ঙাইবা কেথ কেথ থৌরকই।

লুংলৈদগী কিলোমিটর মাপললোম লাক্লগা হাউরুবাং কৌবা মিজোগী খুল অমা লৈরম্মী। মফমদুদা ঐখোয়বু রিসেপসন অমা পীরম্মী। ঙাইহাক পল্লম্নগা অমুক মখা থৌথরকপনা, পাচাং, ফাইরু-বাংকাই য়োরকই। ফাইরুবাং তুরেল চীংগী লমসিদা ফনা চাউবা তুরেল অমনি। ঐখোয়গী ইরিল তুরেলদগী খরা হেন্তক ভোগনি। থোং হেক লানবগা ফাইরুংবাং কাই খুঙ্গং লৈ, লুংলৈদগী কিলোমিটর মিফু থাপ্পী। ঐখোয়না থুংলুবা মতমদু অয়ুকী পুও তরা মখায় তারে।

ফাইরুবাং তুরেল মথক্তা শারিবা ফুট চহুম হুম্ফ্‌মাথোই শাংবা য়োৎকী থোং অতু হেক লান্থোকপগা ফাইরুবাং কাই লৈ। মফমসিদা কৈথেল মচা অমাসু লৈ, দুকান হোটেলনচিংবা লৈ। মফমসি অরপুই কেন্দ্রগী শরুকনি। কেন্দ্র অসিদসু ঐ.খোয়গী চকমা কেন্দি-দেৎ অমা মীখল থেংনরি। রিসেপসন অমা শিল্লম্মী। প্রজা ফনা য়াম্না তিল্লি, ম্রিজো, চকমা, রিআং কয়া। মুপী মুপা, অহল্লোন নহারোল। মফমদুদা মিটিং মচা অমা পাঙথোক্লম্নগা ঐখোয়গী খোঙচৎতু মখা চৎথরকই।

লুংলৈ ত্নাবুং রোডতা কিলোমিটর হুম্ফ্‌নিপান থৌথরক্লগা লুং-সেন লৈ। মফমদুদা কুমথতুনা চান-থক্লবা করি লৈগদগে য়েংই। নোংমাইজীংগা ওইবগা হোটেল দুকান্নচিংবা অয়াম্বা থোঙ হাংলমদে। হোটেল অহুমদা চোইনা চোইনা শিন্দুনা ঐখোয় চাক চায়। ঐখোয়দি খৃষ্টানগী লমনিনা নোংমাইজীংদা চাক চাবা ফংগদবা মান্দে খন্নতুনা ঙসাই লম্বীদা য়োল্লম্বা লকোয়সু ফনা য়াম্না লৈশিল্লকই।

অসুন্না মখা অমুক চৎথরকপনা ঐখোয়না ত্নাবুং য়োবদদি মুমিৎ তাগদোরে। ত্নাবুংসি মপুং ওইবা এডমিনিস্ট্রেটিব ওফিস সিং লৈবা ময়াই ওইরপ তৌনা চাউরবা টাউন অমনি। লুংলৈদগী কিলো-মিটর ৯৮ থাপ্পী। আইঃ বীঃ দা থৌজিল্লগা ঐখোয়না পুরকপা এন্বে-সেদরতু থম্মে। মফমসিদগীদি কারদি কয়া খুদোং চাররোই হায়দুনা জিপতুদা ঐখোয় পুন্না তোংমিন্নরগা শ্রীনিলমোনীগী মখুল বোরো-পান্স্‌রী য়োনবা লাকখী। ত্নাবুং আইঃ বিঃ দগী থৌদোরকপদা ময়ে।

ফনা শাংনা, ফনা কুইনা অমম্বা পুম্মম মমগ্রবা, চীংলম্বীদা থৌ-রক্লবা মতুংদা বোরোপান্স্‌রী চৎকদবা লম্বীনি হায়দুনা সং হাইজিনবা লম্বীদু অহানবগী মহাঙউ খংফং ফংবগী ওইরমাল্লে, খংই। য়াংকোক্তা চেঙনা চোংবতু মঙাই, জিপ মন্নুংদা তোংলিবা ময়ামতু। ময়াম পুমলাঙ

লাওনৈ। অতুবু, অতুম থৌজিল্লী, গাড়ী থৌরিবা ড্রাইভর অমুবতুদি মাদি করিস্সু খন্দমাল্লে, অতুম থৌরী। অমহা অমহা ওইম্মাল্লে। মাইল মঙা তরুকমুক্তী মুঙ লৈতঙ্গাই ঙাক্তগী লম্বীতুদা থৌজিল্লকগী। মতুদগীদি লৈবাক ঙাক্তগী ওইনা তৌরে। চেঙ খৈবগুম নিকপতু লেপশ্রে। লম্বীগীদি চাকা লিক্লম অনি শাংনা শাংনা লৈ। লম্বীতু য়াম্না খুজিল-লকই, নাকন-নাকন্দা হৌবা নাপী শিংনা, উসা-বাশা ফুদৎতুনা গাড়ী অতুম থৌজিল্লী। চাকা লিক্লম অনিগী মরক মীনস্সু গাড়ীনস্সু শোকপী-দ্রবা লম্বীগী ময়ায়তু, অতুম লিশাং-শিংনা খ্বাং-মুক বাংবা নাপী নত্রগা ই হৌই, মতু নমথৎতুনা গাড়ীতু অতুম থৌজিল্লী, মমিৎ অনিতু ইলং লংনা পাঙলতুনা অমম্বা চীংনুংহুদা। ফুঙ্গা বারীদা য়াওবা চীলাইকা হায়বতুনা পাইশিনবগুম।

শ্রীবিষ্ণুকান্ত শাসত্রীস্সু য়াম্না নুংঙাইবা মীনি। চহী হুম্ফ তরাগী লেংনি অতুবু হন্দে, কৈস্সু তৌদে, থৌজিল্লু হায়। থেঙদা থেঙজিল-লক্লবতুদদি হংলকই —"কয়াম বাংলী?" বারক্লবজাংনি, অহলনিদনা। বিঃ জেঃ পীঃ ওইবগী পঙচৎ চৎলবগী বানী। য়ৌগদবদি বাংলিবনি অতুবু অমনা খুয়কই —"খরা বাংলী।" অহলদো কয়া কন্না বোক্লে। মাগী হৈনজবী খুংনোক, য়াম্না মকা লাম্না, য়াম্না মখোল হৌনা, পৌরানীক লীলাদা সেনাপটি মাবনকা নোকপা অতুম হায়না, নোক-খৎলকই। অস্সুম্না সুম চীংলম্বীতুদা কনাগুম্বা অমত্তুস্সু, অতোপ্পা গাড়ী অমত্তুস্সু থেংনবা লৈতনা ঐখোয়গী গাড়ীতু থৌজিল্লকই।

অমরোমদদি ফনবু নুংঙাই। পুক্লিংদা অতোপ্পা গাড়ীগা থেংগাই-বগদ্রা, মী তকউগদ্রা, অঙাঙ চেম্পীল্লকদ্রা হায়বগী চিংনবা মচেৎ অমত্তা হেক লৈতে। অতুক কুইনা, অতুক শাংনা লাকপা লম্বীতুদা মী অমফাওবা, গাড়ী অমফাওবা থেংনরক্তে। অস্সুম্না, য়ৌরদ্রা, য়ৌরদ্রা, থন্না থন্না লাকপনা নুংদাংগী পুঙ তরাম্মাথোই রোম তাবদা বোরো পান্সরীদা ঐখোয় থুংলুই। খুনজিন্দা ঐখোয়বু ওকপগী গেট

অমা নিংথিজনা শাত্নুনা লৈরম্মী, টেবল বেঞ্চনচিংবা লৈরম্মী। ঐখোয়বু ওক্লনবা লৈরম্বা খুঙ্গা নহা অহলশিংদো ঙাইবা ওয়ক্ত্রত্নুনা হুক্তিমগ্রবমাল্লে, কনাস্থ লৈরমদ্রে। পুমচীক চীকই। ঙাইহাক অমুক থৌজিল্লক্লগা খুঙ্গিন্দা লৈবা য়ুমদোম্পোক অমগী মনাক্তা ফজরবা গেট অমস্থ লৈরম্লে। মফমত্নুদদি ইমুংদগী মী খরা থোরক্ত্রনা ঐখোয়গী গাড়ীত্থ খায়ে। মথং মথং লৈশাবী মচা মরী মঙা, পাথাং, অহল নচিংবা ফনবু য়াম্না থোরকই। লৈশাবী মচাশিংত্নুনা শ্রীশাসত্রী, পিঃ বিঃ আচার্য্য অমস্থ ঐঙোন্দা লৈ পরেং অমম্বু হুকই। লৈ পরেং হুক্রম-দাইদা ঐখোয়গী খোঙ শোক শোক্ত্রগী খুরুম্মী। মসিমদি ওস্থোক্লা মুংশি। চাকমাশিংগী তোপ তোম্না নিটি, মখোয়গী থৌগল্লোন অম-নিদনা খল্লী। মখোয়গীদি খঙদ্রে, ঐঙোন্দদি হায়ফম খঙদবা মহাও অমা ফাওই। শারম্নীবা গেটত্নুগী ময়ায়দা রিবোন অমা তিংলিবত্থ শ্রীশাসত্রীজিনা কক্লবা মতুংদা ঐখোয় ময়াম গেটত্থ লাল্লীন্দুনা চঙই অত্নুগা য়ুমত্নুগী মনাক্তা ফম্মী। হেক ফমথবগা হৈ-মহী গীলাস অমমম য়েল্লকই। ঙসাই মুংশা শারিঙৈদা থক্লনবা হায়ত্নুনা শিল্লম্বা য়াৎনি, অত্নুবু ইংগ্রবা অহীং নোংয়ায়ত্নুদা থকপত্নুদি — অতৈগীদি খঙদ্রে, ঐদি দন্দি ওইনা হোৎনজরবনি, মুংঙাইখিরোইদ্রা হায়ত্নুনা।

মত্নুদগী অমুক থৌজিল্লকপনা খুলগী য়ুম খর খর তাবা হৌরক্লে, মফমত্নুদা মৈরা পায়ত্নুনা, তোর্চ পায়বস্থ য়াওই, মুপী মুপা ময়াম চেম্থোরক্ত্রনা ঐখোয়বু য়েংলৈ — লম্বীগী নাক-য়েৎতা লেপ্লত্নুনা। ওক্লরিবরা য়েংলরিব্রা খঙদে। পুন্সিগী ওইনা চাকমা মরোল অহানবা তাবা হৌই, চাকমাগী খুন্দা। মখোয় মশেল লাউবৈ, ঙাঙনৈ। পুম্নাঙ লাঙই। করি হায়রিনো হায়বদি অমগুস্থ খঙলুবা নত্তে।

মীয়ামত্থ হেক লাম্থোরকপগা তুরেন মচা অমা লৈরম্মী। ঐনা মসি তুরেলসি খঙলকপসি তোর্বান্দা নত্তে, খোঙমুংদনি। ড্রাইভর-ত্নুনা অহানবা লাকপগী, খঙহৌদবদগী থোথরুবা হায়ত্নুরা, সিবু

কমদোদোরিনো খন্নী, অত্থু অত্থম থোঁজিন্নী গাড়ীত্থু, শ্রো-শ্রো, বা-বা তৌত্থুনা, অত্থুগা অত্থম লাম্হোক্লগা লাক্লে। অসুন্না ভাইহাক থৌরক্লগা গাড়ীত্থু থান্নে। ময়াম কুমথনরসি হায়ত্থুনা কুমথনৈ। ঐসু কুমথৈ। য়োরবোরে মুংঙাইরেদা, পোথাবা তারেদনা। অত্থুগদি, অমুক চং-খিদৌনি হায়রে, পোথাগদবা ওইরমদরে। গাড়ীতগী লম্বী লোইবা ওইরম্নে। মীগীদি —ঐখোয়গীদি বাংলম্নী। চংকদবদি লোইরমত্রি। ঐখোয়বু অকুং-অতোং নাইবা অচপ্পা লম্বী অমদা পুত্থুনা শুম চংলী। অমুক কুমথৈ, অত্থুগা চীং মচা অমা অমুক কাখৎপা হৌরে। পংবাংদি বাংলমদ্রে, মতোন য়োবদা মঙাল অমা থোক্লক্কনা, ফোং ভাল্লী, মফম-ত্থুদা য়ুম অমা লৈরম্নে। মত্থুতদা ঐ স্বর হোন্দোকই। ঐতা ওইরম-লোইদা। অত্থুবু মখোয় অতৈদদি কমদোই, করি ফাওবগে হংলুদ্রে। বাবনা মতৌ অমা ওইরবনি, হংবা ফাওবা হংনিংলুদে, বা ভাঙনীংদে।

নিলমোনী চকমাগী য়ুমত্থ মথক্তী জিজ্বনা কুপ্পী, অখায়বা ভনা শাবনী। ফক্লাংনা উপাক অমদি বাক্কী ফক্লোংনা খায়। চাং য়ুম-শানী। লেপ অমা খরা হেন্না লৈমায়দগী বাংনা চাং হাত্থুনা মাগী য়ুমত্থু শাই। ঐখোয় ময়াম মরী মরী চঙই। থোংজিন বাংমদা খোঙউপ লৌথোক্তনা থম্নরম্মী। ঐখোয়সু লৌথোক্লগা চঙই। য়ুমগী মমুং লৈমায়ত্থু উপাক থাই।

য়ুমগী লৈমাই, উপাক্লা ওইবসি, ইনাক খুনবা মশক নাইবা খর-তগীনি। অতৈ সাধারন ওইবা চাকমাগী য়ুমদি, অয়াম্বনা, ওন্নমকপু হায়বা য়াইদা, বাতনা শাবনি, বা থুগাইত্থুনা পাকথোকহল্লগা লৈমায় শেম্বনি। করিগুম্বা মফমদদি, ই, চরুগী মত্থংতা বানানা য়ুম্ন কুপ্পসু থোংনৈ।

খোঙজিন হেক কানশিনবগীত্থুদা ফমফম ওইনা ভোনবা কা মচা অমা লৈ, ডাইনিং টেরলমুক চাউবা টেবল অমসু থাই। মত্থুগী

অকোয়বদা ময়াম ফন্মী, ঐখোয়সু ফন্মী। চা পুথোরক্ত্না থকই। ৰারী ৰাতাই তৌনৈ, মতম লেনবোইনা। ইলাঙ লাঙনরী — ঐখোয়গী চান-থক্রবগী, থৌরাংগী, থোংন থাক্রবগীসু হোৎনরিবা মান্নী। ঐনা ঐখোয়গী চানবদি, শা-ঙা য়াওদনা চম্না শিনগদবনি তাকখী। শ্রীবিষ্ণু-কান্ত শাসত্রী অমসুং শ্রীপদ্মনাভা আচার্য্য অনীমক শা-ঙা চাদে।

ঐখোয়গী হীপফম কানি তাক্লবত্দা ঐখোয় চঙই। কাহুদা ফমুং অহুম থারন্মী। ঐখোয় অহুমক্কী পুন্না কাহুদা হিপনবা শেম শাই। ফমুংশিংহু মোৎলী, থারিবা ফিরোল থৌইদোক্তে। আচা-র্য্যদি বোম্বে মচানিনা হৈনরম্লোই। ঐনা অসুপ্লা চীংগী সহরদগী তাম্লবা খুঙ্গংশিংদা থুংলুবা মতমদা থেংনরকখিবা সেবা, খেংনবা মীওক মীচান নিংশিংলকই। মনিপুরগী নোংপোক্কী চীংগী খুঙ্গংশিং চৎলুঙৈ অহানবা থেংনরুবা চমথ্রবা, তরু তহেনথ্রবা তানখুল লৈশাবীগী সেবাহু কাউঙমদে। সহরদগী থাপ্লবা, লম্বী থেং ফন্তবনা হেন্না লাপথোক-হল্লবা অপীকপা ভাখ্রল খুল অমগী লায়রবা ইমুং অমদা থারম্না ফম, ঐনা হিপনবনি তাক্লবা ফমুং উরুবদা, ঐ শুন্দ্রাৎখিবনি, তরু-তরুবা ঙৌরোক ঙৌবা মোম্পাক ফিদক, নিংথিনা খুৎ চঙনা লোল্লবা অঙাংবা রোঙ্গ শাৎপা ঙৌরোক ঙৌবা মোনখুম। নিংথিরবা ফিহুপ তেকত্রিবা নিঙোলগী চেক্লীম্না থমজুবা লৈরুম ফি। ঐ কাখৎতুনা হীপকদবা পাম্খ্রবা পোকই। ওস্নোক্লা ফজে, ওস্নোক্লা লুয়। অপীকপা কা মচাহু অক্লবা ফিদ্রপ নাইবা ফি থারম্বগীরা, নিঙঙোলগী করম্বা লৈচলনো ন্নুংশিবা মনম্না শিল্লি।

চাক তাক্লদ্রনা ঐখোয় চাফম কাদা থোকই। ইম্পাং মথেল পংয়াম য়ামদে, অদ্রবু তরু তরুনা উই। হৱাই থোংবা, পোং-হৱাই সবজী, অঙৌবা অমা। চফু পীকতক তৌবী, মবুক্তগী শরুক্তী মতুম তারগা ঙকশাংবী অমা টেবল ময়ায়দা খিল্লী। ইলেকট্রিক বলব অচাকপা অমনা মখুম ওইনা থম্মী। মদ্র হেক্তা হাপচিনবা ওইনা

উদে, চফু মথুমগীদমক ডিজাইন অমা ওইনা শিজিন্নবা মাল্লী

চফুসিদি, মখোয় মশানা শাজবা, লমদমসিগী পোত্থোক নত্তে। বঙ্গলাদেশতগী পুশিল্লকপনি হায়। চকমাশিংগী য়ুম খুদিংদা অসিগুম্বা মখলগী চফুসি লৈনৈ। ঈশিং থল্লবদা শিজিন্নবা, ঈশিং হাপনবা পাত্রনি। মহোয়দি চফু মচিন্দুদগী য়ান্নুংদা হৈথত্নুনা অত্থুম থকই।

মুপীমচাশিংনা চাক-ঈন্সাং অৱাৎ অপা হাপলৈ। সেবা লংবাদি ফৈ। মথৱায় য়াওনা, কিনা তৌবা নত্তে। অশুম্বা হৱাউ হরাউনা চানা থক্লবা লোইরবা মতুংদা ঐখোয় খুৎ হাপ্লবা মপালদা থোকই। চাক চারগা খুৎ-শা হাম্বসি মহোয়গী য়াম্না মুংঙাইবা অমনা চাং হারিবা ৱাগী থুগাইবা মপাক্ত অমা হেক্তা হায়গৎলগা ফম্না ফম্না চীন তেংবা, খুৎ হাম্বা চৎনৈ।

চাকমাশিংগী ৱাচেৎকী চাংগী লৈমায়সি মলটি পর্পজনি। অপাবা ৱাচেৎনিনা নোম-নোম লাউরত্নুনা, নানস্থ য়াম্না নাল্লী, কুসন থাবা ফমফমগুম য়াম্না নুংঙাই। ঈমুংগী লৈমায় থুংনা ফমফম ওইনৈ। ফিদা হায়বা অমা থানদে, লৈমায়সিমক ফিদানি, ফগদা য়াম্না নুং-ঙাই। চাক থাংদোরক্লগা অত্থুম থমড়না চায়, চাকশঙনী, চাক খুম্মাংনী ফি অমা থারগা অত্থুম তুম্নৈ, হীপনৈ — তুমফম কানী, ফমুংমি। মমিনা চাকমা অয়াম্বগী য়ুমনী। ফমুং কাংথোল নাইবা, মোম্পাক থাবা, ফমফম ফিদা লৈবা য়ুমদি মশীং খীবা য়াগনী, য়াম্বা নত্তে, ইনাকথ্নবা চাকমা মচীন তোঙবা খরতগীনি।

তাং ১৫। ১১। ৯৩ ইং, নোংঙানরগা ঐখোয় চীম-খা শেং-নবা হোৎনৈ। চা পুথোরক্তুনা থকই। অয়ুক পুঙ তরেৎতা পাব্লিক মিটিংগী প্রোগ্রাম লৈ মতুগীদমক ঐখোয় থোক্লে। বোরো পান্সুরিগী কৈথেলদা মিটিং শিল্লম্মী। কৈথেলতু ফনা চাউই। শংশাং তরুকমুকতুগী মনুংদগী ময়াইগী শঙ অমদা ঐখোয়গী মিটিং হৌনবা শিল্লম্মী। ঐখোয় চঙতুনা ফম্মী। ময়াম তিল্লম্লে। মিটিং হৌনবা হোৎনরিঙৈদা কৈথেলগী মতাই ওইরপ তৌবা লম্পাক মচা অমদা কং-গ্রেসকী মিটিং তৌদোরিনি হায়তুনা মাইক পানখৎলকই। ঐখোয়গী ৱাকর মরক্তা ঙাইহাক ইলাঙ লাঙনৈ। অতুদগীদি খর ফিংবা ৱাকর অমা চেন্সিনখিতুনা মহোয়গী মাইক্কতু পূমলেপ লেপহনবনি। মথেল মথেলনি।

তৌবগীবুদি মফমসিদদি নিলমোনিগী মীনা য়াম্না হেল্লী। মাগী মখল্লনী।

অয়ুক্কী পুঙ তরেৎ কা মিনিট নিফুমঙা তারে ঐখোয়গী মিটিং হৌবতু। মিটীং হৌরমদাইদা বোরোপান্সুরি চাকমা মহিলা মন্দলগী তরফতগী ফি অমমম ঐখোয়দা প্রাজেন্ট তৌই। ফিতু মহোয় চাকমাগী পোৎথোক্নী।

অয়ুক পুঙ তরা তাবদা শ্রীশাসত্রীগা আচার্য্যগা মখোয় অনী তিপেরা ঘাত কীদমক খোঙশানখ্রে। মফমতু ফাওবা খোঙনা চৎলগা

হি অমুক তোংতুনা য়োগদবনি। তুনাবুং কেন্দ্রগী মখাতাবা প্রোগ্রাম চংথখিনবনি। তুনাবুংগী মীরেপ ওইরিবা শ্রীমতি তালুকদারগী ইলেক্সন এজেন্টকা মাগী বাক্‌র মঙা তরুক লাক্তুনা মখোয়বু লৌরবনি।

ঈরুজনবা ঈশিং মরাং কায়না লৈরমদে। ঐনা তুরেলদা চৎসি হায়তুনা নিলমোনিগী মচানুপা হেমন্তগা ঈবান্নী চীংখাদা কুমথৈ। চীং-খোঙদা, পংলাপ লাপ্তুনা, পান্সারী তুরেল চেল্লী। চীংন্নুংগী তুরেল মচানী। ঈশিংসু থেল্লী। ঈশিং মপানগী নুঙ মচা মরক্তা ফমতুনা খোঙ মোজাকাতু শুদোক্লগা ঐ ঈরুজথোক্লে।

তুরেলদা কুমতুনা ঈরুজরুবদা মখল অমগী মহাও ফংই। নুং-মচা, লৈতোয়নচিংবা তাবা চীংলক্কী তুরেল মচা ওইবগী তুরেল হায়বগী ৱানী। খোং মচা অমগুম্বনি, পংচাউ চাউবা নত্তে। ঈরুজবা লোয়রগা কাখৎ-লকপদা ঐখোয়গী চানা-থরুবা থৌরাং লোইরম্লে।

চাবা-থকপা লোইরগা মগীদা ফম্নবা খুলগী অহল অমা-অনীতুগা ৱারী শান্নবা হৌরকই, পাউ ফাওনবা ঙমদে। লাইরিক লাইরিসু হৈজদবা খুনগী চমজুরবা, মপানগী নুংশিং নুংশা লাংজদ্রবা অহলশিংনি। মমারোল নত্তনা লোন অমসু হৈবা নত্তে। ঐনা লায়থোকহল্লবা হিন্দীনা ৱারী শানবা হোৎনৈ। কান্নদে। ঐগী অরোয়বী বিহ্ন। পুথোকই — মতৎ মতং তৌবা না-পু শম্নদবা বেঙ্গালী! ওইদে। নিলমোনীসু লৈতে।

অতুবু, ঐদি, মখোয়বু থেংনরুবদা, ঐগী থম্মোইদা হায়ফম খঙদনা নুংশিবা পোকই। মপালগী, মতমসিগী মশেক মঙালনা মৈরো হেঙ্গীন-হন্দ্রীবা চমজরবা খুঙ্গাশিংগী থম্মোইগী ৱা তানিংলুবনি। মখোয়গী অপাম্বা, পুক্সিগী ৱাহন্থোক, হৈনবী —, হকথেংনবা, থম্মোইগা থম্মোই-গগী ৱারীতু খঙনীংলুবনী। মখোয়মা ফুঙ্গাদগী মৈ হাপ হাপতুনা হিদাক থকই। ঐখোয়গীসিদা অহলশিংনা শিজিন্নবা ঙাম্বক্তা হিদাক হান্দুনা

থকপা অসি মখোয়গী মরক্তস্থ চৎনৈ। চাকমাশিংগী হিদাকক্তদি মা উতোং অচৌবা অমদা ফুট অনিরোম শাংনা করুগা শেন্মী। উতোংগী মচীন অরাওবত্থুদা খুৎনা উপশিল্লগা চীন্না চুপতুনা হীদাক থকই। ভান্থক্লা উতোংগী মতোন্দা য়ুংশিন্দুনা হাপ্পা মাশাগী তোংজে অমদা পান্সীল্লী।

অহলশিংত্থু করিস্থ চিংনদে, করিস্থ খন্দে। মহৌশা মহৌশা হীদাক থক্তনা ঐগা মারী শানৈ। মারীদি মানা মানা থোকপনী। অস্থন্না ভাইহাক ফম্মিন্নরবা তুংদা ঐনা হেমন্তবু হৌত্থুনা মখোয়গী মোন্দিরদা চৎসি হায়ত্থুনা থোরকই। ঙসাই অয়ুক মিটিং তৌখিবা খুলগী কৈথেলত্থু লান্দুনা ফনা শাংনা ইবান্নী খোঙনা চৎলী। খুলগী চিদাই ওইরপনা লৈরম্মী, শম্বল কোয়না থাজীল্লবা মোন্দির। য়াম্না চীক্লম্মী মফমত্থু। অকোয়বত্থু শম্বল চেক্লিন্না থায়। চেক্কী, মুঙগী নত্তে, উগী রাগী শম্বলনী। অত্থুবু য়াম্না চেক্লিন্না উই। মোন্দির ইং-খোল য়োনবা চুমদ্রীং চংশিনখিবা লম্বীত্থুগী নাক-য়েৎতা মখোঙ য়ুংত্থুনা উগী মাংলবা গেট অমাস্থ লৈ। মত্থু হেক লাম্থোকপগা, মোন্দিরগী পরিকোর চঙফম, কোন্থোং পীক্তকপত্থু লৈরে। শম্বলগী নাক-য়েৎতা মাংখৎনা থারিবা উগী থোঙ্গা অনীত্থু কাত্থুনা লাল্লগা মনুঙদা চঙই।

অহীংসাগী, কৎথোকপগী, নুংশিবগী পাউজেল পুবা শেংলবা মন্দিরগী লৈমায় থেংলকপদা ঐবু পুমশুম শুমখিবগুম তৌই। মখোইদা হায়ফম খঙদবা অইংবা অমা ফাওরকই। পুমচীক চীকপ্রবা মরক্তদা ইঙপ্রবা সান্থীগী ঈরিক চাইরকপগুম্মী। খঙদে, করম্বা ময়াইনো?

মোন্দির মনুংদা নহা ওইরিবা ভিক্ষু অনিখক ফমত্থুনা লৈরম্মী। ঐখোয় চঙখিবদা, ঐবু উবদা মখোয় করিস্থ অহোংবা লৈতে। তুম্মিন তুম্মিন ফমত্থুনা অত্থুম লৈ, হান্না লৈরম্বা মওঙত্থুদা। হেমন্তনা ঐবু শক তাকই, নহা ওইরিবা ভিক্ষু অনীহদা। খজিক্তং নোক্লকই।

ঐনা ৱারী শারুই, হিন্দীদা। য়াম্না নোল্লুক্না, য়াম্না কিজনা। ঐনা খঙজনিঙবা মোন্দিরগী মরমদা, ভগবান তথাগতগী মরমদা। অতুবু পাউখুমদি ফংখিদ্রে।

ঐগী লাইবক থীবনি। ভিক্ষু অনিতু অমনা চহী ১৫/১৬ মুক ওইগনি। খর অহল ওইবতুনা চহী ১৮ মুক্তা হায়রক্রা। অনীমক চাকমা লোনতমক খঙবা ওইরম্লে। মোন্দিরসিগী অহল ওইরবা ভিক্ষু মকোক অতুদি অথাপ্পা মফম অমদা চৎখিরম্লে। মহাক লৈরম্নগদি ৱারী ৱাতাইত্ত নুংঙাইরমগনি হায়।

ভিক্ষু অনীতুনা ঐবু ভগবান বুদ্ধদেব লৈরিবা মফমতু তান্না পুসিন্দুনা দর্শন তৌহল্লী। পদ্মাসনদা, মমিৎ অনিমক উইশিন্দুনা ফম্লিবা বুদ্ধদেবগী উনা শাবা মুর্ত্তীতু হাইফেং ৱাং-চাউই। অকোয়বতুদা অপীকপা মুর্ত্তী খরসু লেঙশিল্লী। ঐহাক, কনানা হায়রকপা তৌদনা, খুকউ লৈতানা কুন্দুনা খুরুমজরুই ভগবানগী দারুকতা। ঐনা তারকই —

"বুদ্ধং সরনং গচ্ছামী,
সঙ্ঘং সরনং গচ্ছামী।"

থম্মোইদা ঙম্মক ফাওরকই। থম্মোইগা থম্মোইগগী ৱারীনি। প্রেমগী, নুংশিবগী, শ্রদ্ধাগী। মন্দিরগী মতাই ওইরপনা ফমথে। পদ্মাসন্দা। ৱা ঙাঙদনা। পুমচীক চীকপতুদা। ঐসু য়াওশিনখিবগুম ৌই। ভিক্ষু অনীতুসু ঐগী নাক্ত ফম্লে, ৱা ঙাঙদনা।

মোন্দিরদগী থোরক্লগা, বাজারগী মতাই ওইরপ্পা ইমুং অমদা ঐথোর চঙই। খুপ্পা মরী মঙা ফম্নমী। চা থকসি হায়তুনা চা থক্লা থক্লা ৱারী শাই। লমদমতুগী অৱা নুংঙাইগী ৱারী। অৱাৎপা কয়াগী পেন্দব কয়াগী। চাকমাশিংগী নুংদা ওমতুনা লৈবা পেন্দবা ৱাফম অমদি —, মশীং য়্নামজদবা মখোয়বু মীয়ায়বী হায়বসিনি। ঐনা থনবদা মরকসিদা অচৌবা অশোয়বা অমদি লৈরে। মশীং য়্নামদবা কাঙলুপশিং

ঙাক শেন্দুনা পুখৎপা ঙম্নবগী পান্দমদা মিজোরামদা ওটোনোমস ডিস-ট্রিক্ট কাউন্সিল অহুম থম্মী। চাকমাশিংগী কাউন্সিল অমসু লিংহুনা মশাগী শেমগৎ-শাগৎচনবগী শক্তী ফংহল্লে। মনিপুরদসু ঙসি অসিগুম্বা মথলগী লৈঙাক শরুক অসি লৈহনবীউ, তুহৎ-নৈহৎপীরবা মনিপুরগী ত্রাইবশিংগী মশাগী হুক ঙাকচহনা ইংনা খুয়া তুশিংনা পাঞ্জবা ঙম্নবা হায়হনা অকনবা দাবী তৌরি।

অতুবু, চাকমাশিংগী কাউন্সিলনা কোন্সিল্লীবা লমদমসিং শাথীনা শোথনা লৈ। হীরম পুয়মক্তা শোথরী। থবক শুফম-নোম্ফম লৈতে। চৎননবা গাড়ী বস ফংনদে। লম্পী থোংগী ৱাদী হায়নিংঙাই লৈত্রে। লৈরিবশিংহু, মীয়াম্না মহৌশাদগী শুম চৎনরকপা য়ুম্নক খুল্লক্কী খোংলম্বীশিংতুনী। শেমদবগা অমহানী। নারক্লগা লায়েংনবা অনা-লয়েংশঙ লৈতে।

প্রজাশিংগীদি, অৱাৎপা লৈরক্লগদি নত্রগা অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা ঙায়রক্লগদি পেন্দবা পোক্লকপা হায়বসি, মশানা তাবনি। চীংনুংদা, খুল্লক্তা লৈজবা চমজরবা চাকমা প্রজা লীশিং কয়ানা পেন্দবগী খোয়শাঙনবহু ঐনা থেংনরকই। ৱাৎলিবা, শোথরিবাশিং অহু করিননো, কমদৌননো হায়বদি মখোয়না খঙদে। মখোয়না খল্লী—, মশীং য়াম্বা হেনবা মিজোশিংনা লায়থোকপীবদগীনি। থঙইনা শুদৎতুনা থম্বীবনি, অসিনি। রাজ্যগী থাক্তা মিজোনা মশীং য়াম্বা হেনবা মিজোরাম সরকারনা চাকমাশিংগীদমক পায়খৎপা থবকশিংদা অৱাৎপা মীচঙ মীথায় নাইবা লৈবনরা? নত্রগা চাকমাশিংতগী লৈজরবা, চাকমা প্রজাশিংতনা মীখল তৌহনবা খঙবা মখোয়গী মীহুৎ, মীয়ামগী পাউ-খোল্লোয় শিংতনা চলাইবা কাউন্সীলগী করম্বা অশোয়বা, করম্বা অৱাৎপা লৈবদগীনো হায়বা, অনাবগী হৌরকফম, লৈঙাকলোন্দা শোয়রিবাশিং অহুদি কদায়দগী পঙজরিবা খুঙ্গাশিং অতুনা খঙলুবা ঙমগদগে?

নোংমা ঐ, চাকমা ডিষ্ট্রিক্ট ওটোনোমস কাউন্সিলগী সেক্রেটরিয়েৎ ওফিসতা চঙলুই। ওফিসিয়েলশিং উন্নগে, লমদমসিগী লৈঙাক্লোনগা মরী লৈনবা ৱাফমশিং খরদং হংগে খন্দুনা। সেক্রেটরিয়েৎতা সেক্রে-টরি লৈরমদে। দায়িত্ব লৈবা ওফিসারশিং অমত্তসু থেংনরক্তে। মখোয় মখোয়গী অচিনবা নত্রগা মরম অমা লৈরম্বা তাই। কেরানী মুপীদি লৈরম্মী, ফনা য়াম্না ফম্নম্মী। মখোয়না তাকপা উন্নবা য়াবা মীওই ফম্বা কাশীং থিবা মথক্তা অমুক কাখৎলী, মখাদা অমুক কুমথৈ। কাদি থেংনৈ, হাঙলম্মী। অনীসুবা বিলডিং অদোমদা অমুক চৎলী, থুংনা অমুক য়েংই। ঐনা কাউন্সীলগী মরী লৈনবা ৱাফমশীং, মখোয়গী এডমিনিস্ট্রেটিব রিপোর্ট, মেপ নত্রগা ডিভলপমেন্টকা মরী লৈনবা পারিস তৌরবা দোকুমেন্টস নচিংবা হংই। মফম খঙদে। কাউ-ন্সিলগা মরী লৈনবা ৱাফম অমফাওবা ফংবা ঙমদনা ঐ হল্লকখি। উবদি উরকখী।

পাল্লীবা মিজোরামগী রাজ্য সরকারদা চাকমা মন্ত্রি অমা য়াওরি। রাজ্য মন্ত্রি, শ্রীনিরুপম চাকমা, মিজোরাম সরকারদা ইহান হানবা চাকমা মন্ত্রিনি। মিষ্টর লালদেঙ্গানা লুচিংবা মিজো নেসনেল ফ্রন্ট সরকারদু খৃষ্টাব্দ ১৯৮৮ দা উথাইদুনা সেপ্তেম্বর ৭ তা রাষ্ট্রপটি সাসন থমখী। অসুন্না খৃষ্টাব্দ ১৯৮৯ গী জনুৱারী ২১ দা পাঙথোকখিবা রাজ্যগী বিধান সভাগী মীখলদা অপুনবা সিট ৪০ গী মনুংদা কংগ্রেসনা ২৩ ফংদুনা মেজোরিটী ফংই। এমঃ এনঃ এফঃ (ডি) গী অকাবা এমঃ এলঃ এঃ অনীনা শৌগৎপা মিষ্টর লালথানহোলা না লুচিংবা সরকার অদুদা কেবিনেত রেঙ্কতা মিনিষ্টর মঙা অমগা রাজ্য মিনিষ্টর অহুম য়াওই। রাজ্য মিনিষ্টর অহুমদুগী মনুংদা শ্রীনিরুপম চাকমাসু অমনি। সরকার অদুদা মাইনোরিটি ওইবা চাকমাগী মন্ত্রি অমা পীবগী মথক্তা লাখের হায়বদি মারা কাঙলুপকী মিষ্টর হিফৈ বুসু মিজোরাম ভিডান সভাগী স্পিকর হাপই।

অসিগুম্বা মন্ত্রি শ্রীনিরুপম চাকমা অসি হৌজিক হৌজিক চোংতে কেন্দ্রদা কংগ্রেসকী টিকেত্তা মীরেপ ওইরি। মাগা অকনবা

লম্বা ওইরিবনা ঐখোয়গী কেন্দিদেং শ্রীনিলমোনী চাকমা অসিনী। এমঃ এনঃ এফঃ কি কেন্দিদেং তুদি মখিংতগী ওইনা তৌই, য়াম্না শোথনা লৈ। শ্রীনিলমোনী চাকমা, ঐখোয়তনা আছা তৌবা ঐখোয়-তনা কল্লে থঙবা নত্তে। রাজনিটি নৈনবা সাকলশিংদা, খবরশিংদা হন্দক্কি ইলেক্সন অসি শুকশোয় শোয়দনা বিঃ জেঃ পীঃ গী কেন্দিদেং শ্রীনিলমোনীমা কারগনি হায়তুনা ফোঙদোক্লরকই।

কাউন্সীলগী হেড ক্লাটরসু ওইরিবা কমলানগরসি শ্রীনিরুপম চাকমাগী মখুলনী। অতুবু শ্রীনিরুপম চাকমাসি ইলেক্সন মতমদতা খুলসিদা লাকপা ওইরম্মে। কমলানগরদা মাহাক্কীনি হায়বা য়ুম অমা-ফাওবা লৈতে। মাবু পোকপা অহলগীদি লৈ। ঐনা মসি খঙলক-পসি—, ঐনা থুংলিবা কাউন্সিলগী রেস্ট হাউস তা শ্রীনিরুপম চাকমাগী নুপীতু মচাশিংগা লোয়ননা তাং ১৯ | ১১ | ৯৩ ইংগী নুংথিল পুঙ মঙারোম তাবদা থুংলৈ। রেষ্ট হাউসকী সুপরিনটেন্দেন্ট, কাউন-সিলগী সেক্রেটরি, কোয়চৈন চৈন্নে। মখোয়গী লৈফম শিনবগী। সুপরিনটেন্দেন্ট তু বঙ্গালীনি, সিলচরদগী। মমৈদা, ওর্ডিনারী কা অমখক লৈরিবা অতুদা মখোয়গী থুংননবা শিনখ্রে, তঙাইফদবদগী। পেনবদি নত্তে, মখোয়। পেন্দবগী মমি তাই, চেঞ্জরিবা শিংদসু, লৈগদোরিবশিংতুদসু। কাউন্সিলগী অশিল অরাংশিংনদি ভিঃ আইঃ পীঃ কা হায়বদি ঐনা লৈরিবা রুম অসিনক্তদা লৈহন্নীংলম্বনি। রুম নম্বর রান পন্দুনা ঙাঙনবা, ঐনা লৈরিবা কারোমদা য়েংলগা রা তান্নবন-চিংবা য়াম্না তৌখি। অতুবু মহোয় তাঙ্গা চাখিদ্রে। ঐনসু লৈউ হায়হৌদ্রে।

ঐগীদি—, ঐনা হান্না লৈরম্বা হায়বদু থোক্লে শকখঙ মায়খঙনবা ওইনা হায়তুনা মখোয়গী নাক্তা চঙলুই। নিরুপমগী মুপীতু য়াম্না নহা ওইরি। ঙাইহাক রারী রাতাই তৌনরবা তুংদা অরাং অপানচিংবা লৈরবসু হয়রকউ হায়রম্লগা ঐ থোরকখি।

নোং হেক ভানবগা ভন্তানা মখোয় মকুবাক্কী য়ুমদা হোংজিনখ্রে। মহৌশাদি রেষ্ট হাউসতা হেক হেক থুংলম্বনি হায়। হন্দক্কী, মহোয়গী অকনবা লম্বা ওইরিবা নিলমোনী গী মী অমগা লৈমিন্নবদা মহোয়দা থরদং মুংভাইজদবা অমা পোকপা মাল্লী। মতুমতা খঙলকপনী, মফমসিদা মখোয়গী য়ুম লৈতে হায়বসি। খুপ্পা অহল থরনা হায়, "মন্ত্রী ওইখিদৈদগী আইজোলদতা লৈপ্রবনি, নোংমতা খুলসিদা লাকপা নত্তে। সুপনগী ইলেক্সনগী মতমদতা লাক্লীবনি।"

মীয়ামগী মীহুৎ, মন্ত্রী এমঃ এলঃ এঃ নচিংবনা মাগী মাগী হৌরকফম দা লৈনিংলক্তবা, মাগী হৌরকফমবু কাউনরকপা মতমদনি-মখোয়বু মীহুৎ ওইনা খল্লুবা মীয়াম্মা নিঙবা কায়রক্লীবসি। অতুগুম্বা এমঃ এলঃ এঃ মন্ত্রিশিং অতুনা মাগী পোকফম শাৎফম্নী হায়তুনমু লৈনিংলক্ততুনা লৈরক্ত্রবা, ইলেক্সনগী মতমদতা নিংশিংলকপা কেন্দ্র অতুগী চাওখৎ থোরাংগী মতাংদবু কয়াম্না মপুক্লীং চঙলমগদগে? ভসি, চকমা লুচিংবশিংগী মরক্তা মশাগীতা মাগী ঈমুং মসুংগীতা খনগ্রবা, রাজনিটিবু লাল্লোনবগুম খনগ্রবা মীওইশিংবু মীয়ামগী মীহুৎ ওইহল্লুবগী দযানি, চকমা শিংনা মায়োক্নরিবসি। পেল্লক্ত্রবসি। অতুবু মখোয় হন্দে। ইলেক্সনগী মতমদদি, ভোট থাদগদবা নোংমা নিনি রাৎলীদৈ ফাওবদ—লৈবাক্কী, মীয়ামগী পেন্দবা, অরাং-অপাগী খল্লম্বা, অকবা মীহুৎ অমা হোংতুনা য়েংনিঙলক্লম্বা, চকমা প্রজাশিংহু অহীং অমদা পুঙজা অমদা মবুক ওনখিবনি। মীখলগী মমাঙদা পেন্দবা কয়া হায়রম্বা মখল মথাগী মরাল কয়া পুথোক্তনা চৈরম্বা মশাগী ওইজবতা থিগ্রবনি হায়রম্বা মন্ত্রি, শ্রী নিরুপম চকমা অতুমক্বা, অতুম্মক ভোট কাথী।

অসিগুম্বা মশাগী মীনা বিশ্বাষ ঘাট তৌতুনা রাহন তাকহনবগী লীলা অসি মিজোরামদতা নত্তে, ঐখোয়গী ঈরৈবাক, ঐগী মনিপুরমক্তদমু থোক্লীবনি। মাগী জাতি, মাগী মথুন, মাগী মরমবু খায়দগী হেম্না মুংশিবা শাতুনা কাথীবা মরৈবাক নিঙগ্রবা, মথৌনা ফগ্রবা লুচিংবাশিংনা,

ইলেক্সনগী মতম্গতা নিংশিংলকপা ওইরম্বদগী ওসি ঐখোয়গীদম্ পেন্ধবগী খোল্লাও কয়ানা নিল্লীবনী। ঐখোয়গীগা য়েংনরুরবদি, চকমাশিংগী অবাবা, মখোয়গী পেন্দব'সি'দি কচ্চা তারে। ঐখোয়গীদি—, ঐখোয়না বারীবদি, লম্বী লৈখোম থোকপত্ নস্তে; চেও, কংদবম্ নস্তে, অনা লায়্নেংশঙদা ডাক্তর, হৌদাক লৈত্তবত্ নস্তে, স্কুলদা মহৈ তমদবা, ওফিসতা থবক শুদবত্ নস্তে। ঈশা ঈশাগী পুন্সিগীদমক, থত্তায়গীদমক মিপাইবনি, ঈরমদম অসিমক্তদা ঐখোয়গী পুন্সিগী গারস্তী লৈরক্তবনি।

মিজোগা চকমাশিংগসি মুংদদি য়ানদবগী মমি অমা তাই। নোংমা মুমিদাং অমা নিলমোনীগী য়ুমদা বোরোপান্জুরী পোলিস আউত পোস্টকী ও: সি: দু ঐখোয়গী বার্কর থরগা লাকমিরে। য়ুম্ থরা থরা ওল্লা ভাওনরে। মাহাক নিলমোনীগীদা চাকম্ চংখী। ঐনা মপানগী কমকমকাদা কম্নীভৈদা চওলক্তুনা বারী শারে। মিজোনি, নহা ওইরি। ইংলিস নিওথিজনা ভাওই। মাগীম্ পেঞ্জদবগী বংকং কয়া অমনি। মানা হায়—"চকমাগী লমদা, মিজোশিংবু" থওইবীদে মানা লৈম্নিবা বোরোপান্জুরি সিমক্তদা চর্চ্চগী লম্ অমা কংলে অতুবু চকমাশিংনা য়েংপদগী চর্চ্চ শাবা ওমদনা লৈম্নি হায়। মিজোরামদা—, মশীং য়াম্বা কাওলুপনি, মখোয়না লমদমত্তুদা মাইনোরিটি ওইনা থুম্নারিবা কাওলুপ মচাশিংবু শুদংপী হায়রিবা মিজোশিংগীম্ মপুক্লিং-মুংশিবা অতুম লৈরম্মী। চকমা ওটোনোমস ডিস্ট্রিক্ট কাউন্সীলগী লমদা মিজো-শিংনা মতু শোন্ন লৈবগুম, থওইবীদবগুম কাওই। মখোয় বারৌই।

মশীং য়ামজদবদগী মতু শোনবা নঙ্গা মুখুপিরবনি হায়বা মাই-নোরিটি হায়বা টার্ম অসিগী মতাংদা লুইস বার্থ কী দি ফিনিসন অমা নিংশিংলকই। মাগী মোক্তা মাইনোরিটি হায়বা অসি—'group of people who, because of their physical or cultural characteristics, are singled out from the others in the society in which they live for differential and unequal treatment......"

অহুম্না কোওদোকই। মসিগী মথা চৎথরকপদা থার্থ না য়াম্না হুংঙাইশ্ববা অমা হায়রকই—"মাইনোরিটি হায়বসি মশীং য়ামদব ওাক্তনা লোম্না য়াকে মশীং য়াম্বশিংনু মাইনোরিটি ওইবা য়াই।" হায়বদি—খাইদোকপীরবা, থৈদোকপীরবা লায়থোকপীরবা, হায়বসি মশীং য়াম্না কাওনুংশু থোকপা য়াই। থার্থ কী মোত অসিবু অমুক থিল্লিরম এইচঃ চেকনা অহুম্না শদোক্লা হায়— "minorities could not be judged by number alone, because on occassion they constituted a numerical majority. Rather, they were distinguished by their exclusion from full participation in the society, their debarment, from certain economic, political and social opportunities..............."

ঐনা খল্লকই, মৈতৈসু মনিপুরদা মাইনোরিটি ওইরক্লবরা? এডমিনিষ্ট্রেসন দা, দায়িত্ব লৈবা পোস্টশিংদা মৈতৈ মচা য়ামদে। রাজনিটি রোমদসু মৈতৈ সি মাইনোরিটি ওাবা মাল্লিরক্লে। মৈতৈগী পামজবা অমা মক্তা কোংনা হায়জবা ওমদবগুম, করি থনখিগদগে, করি হায়রকদগে থনবদা থাকম কয়া নাথৈহনা থম্ভম উরক্লে। মৈতৈবু কোংনা শিনেরকখিবা থেংথাঙ, য়ারক্লে। পেল্লদবশিং কাওবা কোওদোক্লবা তৌদনা মহুং মহুংদা থমখিবগুম, থামজিনখিবগুম তৌই--"করি হায়খিনী।" অহুম্না পুকচেল চাউথোক্লবা. চিকথোল-নাউকোন হৈবা মৈতৈনা লমদমসিদা মতু শোম্বনা হিংলকপা চহি য়ারক্লে।

মৈতৈলোনবু ভারতকী শকথওলবা লোনশিংগী মরক্তা চংলহল্লু, ভারত সংবিধানগী ৮সুবা সিডুলদা য়াওহল্লু, লোন অসিনা মনিপুরগী ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ ওইনা চংনহল্লু হায়হনা দাবী তৌখিৎউ, অতৈ জাতি কনা অমনা য়েংথিদে। য়েংথিবদি—, লমদমসিদা মীহৌরোলদগী পোকমিন চাউমিররকপনি হায়হনা সুংশিনা ভৌজরিবা ঐখোয়গী চাংগী ঈচিল ঈনাওশিং, লমদমসিগী নাগাশিং, কুকিশিংননি। থাকমসি, মনিপুর বিধান সভাদা থম্মরকপা মতমদা অততাই ওইনা মৈতৈলোনবু ষ্টেট ওফিসিয়েল ওইনা চংনহনবা শুকয়া য়ারোই। মসিদা মনিপুর মচেং

তানবা মরম ওইগনি হায়দুনা বিধান সভাদা কোংনা ধমকা তৌনখী। মৈতৈ ময়েক চৎনবা য়ারোই, অসিগুম্বা চাওখৎত্রিবৈগী চৎনদ্রবা ময়েক অসিদি মিউজিয়মদা থমজিনখিবনা হেন্না ফৈ হায়দুনা মৈতৈনা মেজোরিটি ওইজরিবা হোমলেন্দনি খঙরিবা ষ্টেটসিগী বিধান সভা মক্তদা জাতি অসিগী ময়াম্বশিং, নাগা-কুকিগী এম: এল: এ: শিং, লুচিংবশিংনা কোঙ-দোকপিখিবনি। মদুগী মথক্ত, ইম্ফাল ময়োলমক্তদা— "মৈতৈলোন চৎনবা য়ারোই।" মৈতৈ ময়েক চৎনবা য়ারোই।" "মৈতৈ ময়েক্কী মিউজিয়মদা থমজিল্লু।" হায়বনচিংবা খোল্লাউ লাউদুনা চাউপ্রবা প্রোটেস্ট রেল্লী অমা নাগা-কুকিশিংগী অহল্লোন-নহারোল, ছাত্র ছাত্রী লিশিং কয়ামুক্তা শরুক য়াদুনা চৎখী।

কুইত্রিবদা; য়াংনোইদা শিঙ, চনদুনা চরা তাঙবা মৈতৈ খুঞ্জা থরা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎপ্রে। মীহাৎপশিং অদু তাংখুলনী হায়, নাগানি হায়, কুকিনি হায়। চপ চাবদি থওদে। অদুবু ত্রাইবেল খুৎলাই পায়বশিংগী মীহাৎনি হায়বদি থাজনে। মসিদা মৈতৈ ইংথদুনা লৈ। অসিগুম্ব কয়াসি য়েংলুরগা তশেংনা লুইস রাথ কী থিওরীদা মশীং য়ামজরবসু, মৈতৈ মশাগী মরমদমসিদা মাইনোরিটি ত্তাপ্রে।

অসুম্না মিজোরামদা, চকমা ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিল গী মঙ্গংদা মিজোশিং পেন্দে। মতু শোম্বগুম, খাইদোকপা মীৎয়েংনা য়েংই, তুহৎলী থনবগুম তৌই।

তাং ১৬। ১১। ৯৩ ইং ঙসিদি ঐ বোম্বাপান্স্ৰী থাদোক্লগনি। অয়ুক পুঙ ৮·৩০ রোম তাবদা চাক তাক্লহুমা, ঐ চাক চাবা চঙই। ঙসিদি ঐবু পিজ পিথক তৌবগী সেবা, নিলমোনীগী মমৌঙ্পী কমলাবতি দেবীনা তৌরে। য়াম্না অঙাঙনি, লুহোংবম্ব কুইদ্রিবনি হায়। নিলমোনীগী মচা য়াইমাগী মৌনী। অহলতুদি মুপী থিদ্রি। মুশুক মুশুক মুবা চকমা মরক্তা মাদি ইঙৌ ঙৌরহুনা কয়াদি ফজরে। ঐ ঙসি চংশ্রদৌনি হায়হুনা সেবা তৌরবা মাল্লী। ঙসি কায়নখিবা অসিদগীদি অমুক হন্না মাগী ইমুংতুদা চঙলক্ত্ৰনা ঐনা চাক চারবদি লায়রহুনা অমুক হন্না উম্নরকখিনি হায়বগী থাজবা য়োনা লৈত্রবনি। ঙইরিবা লমদমসিগী ফিভম, লম্বী-থোং অসিদা করম্না পাক হেক য়োরকপ ঙইথোক্কনি। করাদি থাপ্লে। ঙসিগী তুংদা-কমদৌনা, করম্বা মতমদা বোম্বাপান্স্ৰী অসি য়োরক্কদগে? ত্রেন চেনবা নত্তে, ভাড়া য়ামজবতনি প্লেন না হেক্তা লাকপা য়াইনা হায়বম্ব নত্তে। বস সার্ভিস লৈবা নত্তে।

ঐনা দিল্লিদা করিদা থাম্ন থাম্নবা পৃথিবীগী লৈবাক অতৈদগী শকথঙ মায়থঙনখিবা মরুপ মপাংশিং কায়নখিবা মতমদা ঙসি ফাওরিবা অমুক উম্নম্নোইকো খনবগী নৌথোকপা থশ্নোইগী মতৌ অসি অমুক্তম্ব

লৈখিদে। দেনমার্ককী কোন্নুং কুঃ পেঃ হোনদগী মিস্টর নেইল এস্ট্রপ ইস্কালদা নোংমা ফোং কাওদোরকই, ইথা থাজদনা-ঐবু উম্নরে। মাদি লাক্লিংবগা হেক্তা লাকখি। ঐভনবু সনা লৈবাক্নীগী লাই মচা ওইনা পোক্লবনা দেনমার্ক য়োনা চংলুগে কা হায়বগী আছাকা তৌরু-দবগী বাতনি। য়োবদি হেক্তা য়াই। উম্নরুবদি অরুবা কারিস্নু লৈতে য়ুঃ এমঃ এঃ গী কন্নেক্টীকট কী লেক বিল্লেদা লাকউ হায়না তন্তনা বার্ত্তোন তৌরিবা ঐগী মরুপ মিস্টর রোবার্ত ইষ্টাব্রুক থুদক্তা উম্নরুবা য়াই। অদুবু ঐদি, নকপ্রবা শ্রী লঙ্কাগী কেন্দীদা লৈবা ডাঃ নিশানকা, কলম্বোগী শ্রী এঃ সিভানেসাসেলবান উম্নরুদে। নোংমত্তা চংলুদে। ঐনা মখোয়গী বার্ত্তান থওইরুদবদগী, ঐনা অতিথি ওইরুদবদি— লম্বীনা নত্তে, গাড়ী চেন্দবগী নত্তে। ঙসিগী অসুম্না হেক থোক্লকপগা শম্নবা য়াদনা লাপথোক্লহল্লগদবা, লমদমসিগী লম্বী থোংগী, চীংগী সক্তী অসিনা নত্তে। ঐনা চংলুবা ঙমদবদি ঐগী ঈমা লক্ষীনা চানবীমনবদগী মচাবু থাপনা থাদোকপিনিংদবদগী চেৎনা কাজিনবিবননি। নত্রদবু থুদক্তা হেক্তা পাইখিনি, হেক্তা য়োক্লনি। হৌজিক্তি হে বোরোপান্সরী মিংকুপ থরগী মতুংদা স্পেশকী থোঙচংতুম, নঙগা-ঐগা থাপনপ্রগনি।

লমশাঙ চংক্রদরলিনা হায়দুনা গাড়ী চেক তৌবা খোৎপা হোৎন-রিডে ঐনা ঈমুং মনুংগী মীওইশিংগা কাইনরমদাইগী বারী বাতাই তৌরি-ডৈরো জীপ থৌবা নহাক্লনা কোটো অমত্তং নম্নবদি কগনি হায়রে। ঐদি নিঙবু নিংশিংলুদে। উপূ মনুংদা হাপচিনখিবা কেমেরাদু লৌথোক্লনা ঐখোয় কোটো নম্মিনৈ। নিলমোনীগী ঈমুং-মনুংগা পূম্না। মখোয় কয়াম্না হরাওজে। মখোয়গা নম্মীম্নবা কোটো শিংদু ঙসিস্নু ঐগীদা লৈরি। মখোয়গীদমক কোপী অমত্তং য়োনা থাখিবা ঙমদে।

ঐখোয়গী জিপতুগী তুংগী স্প্রিং অচৌবা অমা ফংলমদবদগী শিত্ত্রবদি য়াররোই হায়দুনা ঐখোয় লুংলৈ হান্না য়োক্লবা তাসি। কককদুদা

স্প্রিং শিল্লগা অমুক চোংতে য়োনবা খোঙশাল্লসি হায়নরে। ঐগী লোয়নবা মী য়াওদে, জিপকী মীওই অনিতুতংগা ঐখোয় অহুমতনি। নিলমোনীদি মখোঙনা চৎতুনা মরকী খুলশিং কেম্পেন তৌরম্নগা মখোঙনা অহুম চোংতে হায়বদি-কমলানগয় য়োৌরকদবনি। কমলানগরদা বার্কর-শিংবা শিজিন্নবা হায়তুনা চেঙ, বেগ অমত্তংদি গাড়ী মনুংদা হাপচিল্লি।

অয়ুক্তী পুং ১০৷১০ তাবদা ঐখোয় খোঙশাল্লে। খুঙ্জিন্দা লৈবা এডমিনিস্ট্রেটিব ওফিস কী খোংনাং মখোঙদা খুম্না। অমা দিমাপীরি ফাওবা য়াওজগে হায়তুনা ঙাইরম্মী। অসুম্না খুলতুদগী ঐখোয় মরী খোকমিন্নরকখি।

নহান লাকখিবদদি অহৌংদা লাকপগা ওইরে চৌংমুংগা ওইরে, জঙ্গলগী জঙ্গল ঙাক ওইনা তৌখি, লম্বীদা খুল অমত্তসু উরকখিদবনি। ঙসিদি লম্বীদা খুল খরা লৈরম্মী। চোইলুং—, লম্বী মক্তদা তাবা মিজোশিংগী ময়াই ওইরপ চাউবা খুল অমনী। নাকন্দা লুপ্রবা ঙমপ্রবা লোক্লুং লৈ। মকমসিদগী ইনক নক্লা বঙ্গলাদেশকী বোর্ডর ওইবা চীংমায়তু ময়েক শেংনা উরে। পাক চাউপ্রবা ভারত উপমহাদেশকী ঙমখৈতু হেক লৈথপ্রিবা লোক্লুং অসিনা ওইরিবনি। খোংকাপ অমত্তং হেজ্ঞীল্লবদা মীরৈবাক ওইপ্রগদবনি। মকমসিদা খোতলাংপুই তুরেলনা কোয়না চেল্লক্তুনা লমদম অসিগী ঙমখৈ থায়রে। তুরেল অসিবু কর্ণফুলী হায়নসু কৌই। অসোয়থংবা চীংমারদা ঙমখৈ ঙাক্লিবা বঙ্গলাদেশ রাইফলসকী কেম্প শাত্তুনা লৈরিবা শংয়ামতু ময়েক শেংনা উবা ফংই। চীংগী চীং অমহানী, অতুবু মীরম্ন লৈবাক অমগী ঙমখৈনী খঙলকপদা কৈনোমা ফাওই। পুক্লিংসি ইলাঙ লাঙই। গাড়ী থাম-হল্লগা কুমথক্লুনা ঙমখৈগী চীংশাংতু কোটো লৌই।

চোইলুংদগী মিজো মুপা অনীগা মুপীমচা অমগস্নু ঐখোয়বু গাড়ীদা য়াওয়কই। অসুম্না অমুক মখা চৎথরকপনা তলাবুং য়োৌবদা মুংথিলগী

পুও অহুম তারে। চীংমুংগী হৌনবী য়াম্না থেঙজিল্লবগুম তৌই, চীং মরুম থোকপা মফম খরদদি মল্লি মল্লিরক্লে। ঐখোয়গী গাড়ীদু তলাবুং আই বি ভন্না থৌজিল্লকই। মফমদুদগী নহান ঐখোয়না লাকপদা খরথা পেট্রোল ত্রমদু গাড়ীদা হাপচিনগদবদি।

তলাবুং বাজার ঙাইহাক য়েংসি হায়দুনা চৎলী, আই বি লৈরি-বদুদগী লৈ-লৈদুনা মথা ওইরপনা ফনা শাংনা থৌথরগা তলাবুং বাজার য়োরে। ফনা য়াম্না পাক-চাউনা শন্দোক্না লৈরম্মী। গাড়ীদগী কুমথরগা কোয়না চৎতুনা য়েংলুই। পোৎ-চৈগী মমলদি অয়াম্বনা বাংই। চা থকসি হায়দুনা ঐখোয় খরা চাউবা হোটেল অমদা চম্মী। ময়াংগী হোটেলনী।

মিস্টর লালফেল্লানা মাগা তলাবুংগগী মরক্তা লৈমরম্বা মুংগী ওইবা মন্নাগী হারী অমা লীরকই। লমদমসি মহাক অমদি মাগী ঈমুং মমুংগীদি হৌরকফম শাংফম্মী, পোককম টাউন্নী হায়। হিংনবগী লান-ফমদা লাইবক্তা পুদুনা মখোয়বু, ঙসি মখোয় মমা মচানা শাইদাংফম ওইরিবা লুংলৈদা থম্মবনি হায়। মাগী মপাদু এমঃ এনঃ এফঃ য়াওরম্মী। ১৯৬৮ গী চোংতেদা আর্মিগা কাপনবগী থৌদোক অমদা লৈথিদবনি হায়না তম্মী। হায়ফম খঙদবা পুরিংগী ঈচুল অমনা মাহাকপু কুপশিন-খিবগুম তৌই। ঐবুসু কুপশিনখি। লালফেল্লা মমা মচাদা নত্তে, মিজোরামদা। অসিগুম্বা শেংন থাইনরবা ঈমুং কয়ানা ঙসি মিজোরামগী মফম কয়াদা পুন্সিগী অনৌবা মশক অমা য়েংলি। মিজো লালহৌদা পুন্সি পিখম্লরবা মপা কয়াগী মপা কায়নরবা মচা কয়ানি। মপাগী মশক য়ৌনা খঙহৌদ্রবা পিদোল্লবা মচা কয়াগী মমুংদা লালফেল্ল.গী মচলমুপীসু অমনি। চীংগী লমদম অসিদা থম্মোয় লৌশিং কয়াবু নীক-হন্দুনা অচৌবা অওনবা অমা পুরকখি। খুৎলায় প্পাম্বা মিজোরামগী লালহৌ ইটিহাসকী অচৌবা তাক্ক অমনি।

খৃস্টাব্দ ১৯৬৬ কী ফেব্রুরারী ২৮ অসি মিজো চীংশাংদা মিজো লালহৌবশিংগী অচৌবা ·চাংয়েং অমনি। মিজো নেসনেল ফ্রন্টকী· খুৎলায় পায়বা ফোর্স শিংনা আইজোল, লুংলৈ, চোংতে, বাইরেংতে নচিংবা মফমশিংদা লৈবা সরকারগী লোয়শঙশিংদা লান্দারকখী। লুংলৈদা লৈবা সব ত্রেজরিদা খুৎ থাখি। মসিগী মথক্তা মফমদুদা লৈবা অসাম রাইফলসকী পোস্টতা মশীং য় মগ্রয়া এম: এন: এফ: কী তেঙ্গোল অমনা লান্দারক্ত্না মখোয়গী শক্তী উৎলকই।

সুমিৎসিমক্তদা আইজোলদা লৈবা ত্রেজরি থুগাইদুনা মফমদুদা লৈরম্বা শেল, নো·মৈ, খুৎশু-খুলায়ন'চিংবা খোমগৎখী। সিলচর— আইজোল লম্বী অসি মিজো হিলসকী ভমথৈ হায়বদি বাইরেংতে মপাদা ককথৎতুনা আসামগা শম্নহল্লমদে। বাইরেংতে অসি অসামগী ভমথৈদা তাবা মিজোশিংগী খুল অমনি। লম্বীসিদা লৈবা থোং-শিং বোম ফুমদুনা থুগাইরম্মী অদুগা লম্বীদা উজাউ য়াম্বদুন। থিংজিল্লম্মী। অসুম্না পাক্না শম্না অতেনবা নোংমা নিনিদুনা মিজো হিলস ডিস্ট্রীকতা য়েখায় থুগাইবগী থবক চৎথদুনা এম: এন: এফ: না মখোয়গী শক্তী অদু মায় পাক্না উৎখী।

মথংগী নোংজানবদা, হায়বদি মার্চকী তাং ১ দা মিজোরাম' নিঙ-তম্নবা লৈবাক অমা ওইরে হায়দুনা লাউথোরক্লে। নিঙ-তম্বগী ডিক্লারেসন অদুদা লালডেঙ্গানা সহী তৌদুনা 'মিজোরামবু নিঙ-তম্নবা লৈবাক অমা ওইনা শক থঙবিনবা মালেমগী লৈবাক অতৈদা আপীল তৌখি।

মিজোরামগী শরুক অয়াম্বা লালহৌবশিংনা খুদুম চনখ্রে। মতমদুদা লেমহৌবা হায়বতবু আইজোলদা লৈরিবা অহানবা আসাম রাইফলসকী হেড কার্টস' তমক ওইখি।

অসিগুম্বা শাথীবা য়েখায় থিনগায়রকপ এম: এন: এফ কী এরনশিং অসিবু লাক্নিন্নবগীদমক মতম অদুগী আসাম সরকারনা ডিস্ট্রীক্ট অসিবু

ডিট্রিক্ট এরিয়া ওইরে হায়না লাউথোক্ননা মথল মথাগী পান্নে পায়থংলকই। নোংঙানবগা, হায়বদি মার্চ কী তাং ২দা আইজোল তন্না ৬১শুবা মাউন্টেন বৃগেড কী কলম অমা খোঙশানখী। লম্বী থদংখিবনা মরম ওইহুনা য়াম্না থুনা আইজোল খুহুম চন্নবগীদমক নোংথক লাম্নী শিজিন্নহুনা তারিক অহমদগীদি হেলিকোপ্টরনা আইজোলদা লাম্নী থাদরম্মী। মফম মফমদা বোম থাদহুনা এম: এন: এফ: কী মথক্তা অকন্নবা আক্রমন তৌখি। অস্মুমা হান্না লানজেন্নখিহুনা থুম্মক্লবা আইজোলগী মপুং ওইবা শরুক বোম্মো বাজার মৈ চাক্লম্মী। অস্নুমা লালহৌবশিংগী মথুংতগী আইজোলবু ইন্দিয়ান আর্মিনা হন্দোকপা ঙমখ্রবস্থ লুংলৈনচিংবা লেমহৌরিবা মফমশিংদি মখোয়গী মথাদা লৈরি।

অহুবু মশীং য়াম্নবা, লেপ্পা লৈতনা তম্মিন্নরকখিবা ইন্দিয়ান আর্মীনা মথং মথং লাম্নীল্লকপনা মমৈথংদা এম: এন: এফ: কী লার্শ্মিশিং মমুং হুঞ্জিনবা চীংগী লোক্লং উমংশিংদা. ব্রহ্মাগী আরাকান, চীন চীংশাং অমদি নোংপোক পাকিস্টানগী চিটাগোং হিলস ত্রেক্ট তা হাইজিন্দনা শাইদাংকম লৌবা তাখী।

মতম অহুদা নোংপোক পাকিষ্টান্দা মিজো নেসনেল ফ্রন্ট কী প্রোভিজনেল গোভর্নমেন্ট লিংহুনা মখোয়গী থবক চংথে। তঙাইফদবা ৱাফম কয়াম্নুক লাকপনা মরম ওইহুনা মিজো লালহৌদা শোম্বরক্লম্মী। য়ানবা অমা পুৱক্লবগী আছাদা ১৯৫৬ কী জান্নুৱারীদা লালদেঙ্গা ভারততা হল্লকখি। চহীসিগী ফেব্রুৱারী থাদা ভারত সরকারগা মাগা এগ্রিমেন্ট অমা সহী তৌনৈ। মহুদা য়ানখিবসি—অহানবদা, হিংসা থাদোকপা; অনিস্নুবদা—মিজোরাম-অসি ভারতকী শরুক অমনি হায়বা য়াকা; অহুমস্নুবদা—মিজোরামগী ৱাফম সন্তাইনবা পান্নে অমা ভারত সংবিধানগী মথাদা পুথোকপা; মরীস্নুবদা—থা অমগী মনুংদা এম: এন: এফ: কী থুঙ্গু-থুংলায়নচিংবা পুম্বা ভারত সরকারদা থুংশিন্নবা হায়বসিনি। অহুবু থবক ওন্থোকপা ঙমখিদে। এম: এন: এফ: মনুংদা

লালদেঙাগী য়ানরক্লিবা বাফমবু পেন্দবা কয়া য়াওরকপনা মরম ওইতুনা চরাংনবা লৈখী। হুন্দোক হঞ্জন কয়া থোক্লবা শাংলবা মতম অমগী তুংদা ইতিহাসকী অচৌবা অহোংবা অমা মিজোরামদা থোক্লরে। মুমিংশিদা চৌংলৈবাক্সী পুম্নাও লাঙখী। মহা ওইরিবা পাখং-লৈশাবী কয়া থোক্তুনা হরাউনা লাকখি— "মাউনা, মাউনা।" 'সান্তী, সান্তী'। মীয়াম হুপনা লম্বীদা থেরক্তুনা হরাউ তয়াম্লরে। মিজোরামদা তাং ৩০/৬/১৯৮৬ ইংগী অহীং অকি-তুজুং পোকত্রবা, অমম্বা য়াওন্দ্রবা অহীং ওইরকখি। মুমিংসিদা "মিজোরম একোর্ড" সহী তৌনহুনা লমদমসিদা সান্তীগী তাকক অমা হৌখি। অহুম্না এমঃ এনঃ একঃ কী লুচিংবা ওইরম্বা শ্রীলালদেঙানা তাং ২১/৮/৮৬ ইংদা মিজোরামগী চীফ মিনিস্টর ওইনা বাশক লৌতুনা চৌংনুংশিংদা লৈরম্বা লালহৌ, অকি, তুজুং অহু লোইশিনখি।

তাং ১। ১২। ৯৩ ইংগী অয়ুক অঙনবনি। ঐখোয় পুম্নমক সাইহা চৎনবগীদমক থৌরাং তৌরি। পোৎ-চৈ ওম্নমক গাড়ীদা হাপকৎনরি। ঙসিদগীদি ঐখোয় কমলানগরবু অমুক হল্লকপা ঙমগনি থাজদ্রবা খোঙ্‌চৎ অমদা বিদাই তৌরম্লগনি। মতম থরক্তা ওইরবস্থু শাইদাংক্ষম লৌরম্বা লমদম, লোয়নরম্বা মরুপ-মপাংশিং কায়নরমদাই অসিদদি থম্মোইসি ইলাঙ্‌-লাঙলকই। পুক্লিংসি ইনৌ-নৌই। অনেম্বা পীক্তক-তৌবা গেষ্ট-হাউস, অকোয়বগী নাপী-শিংবী, তুম্পক-তুম্পক হৌরিবা উপাল—মুংশিরকই। ঙসিদগীদি ঐখোয়না চৎলিবা খোঙচৎসি মিজোরামগী মস্থুং ওইরবস্থু মিজোরামদগী অসুম অস্থুম্না লাপথোকখিগ-দৌরিবনি,। ইশা ইশাগী ইয়ুম্‌-লমদম পাংনগদৌরিবনি। থঙদে, করম্বা শকউদবা শক্তী অমনা পুল্লম্নীবা লীপুন্নো, শাংলবা থা-অমা তাম্নরুরবা ইয়ুম হল্লগনি হরাউববুদি, লমদমসি থাদোক্লম্লগনিকো হায়বগী থাখলগী চৈনানা মৈশা শাংবা হেল্লকই।

গাড়ী কাখৎলমদাই—ঐবু মতম শাংনা পিজ-পিথক তৌত্থনা সেবা তৌরমখিবা রানাবু উরকই, মাবু কৌশিল্লগা—চৎলগে হায়ত্থনা বিদাই তৌই, লুপা ১০০ চৎপী অমা পীরম্মী, 'কৈনোমা চাও রানা'। মহাকস্থু মহাকপু নমস্তে তৌরকই, রাদী ভাঙদে। মাস্থু, থম্মোয়দা করিনো অমনা লাকশিসখিবা মাল্লী।

অস্নুমা অয়ুক্কী পুঙ তরেৎ তাবা মতমদা ঐখোয়গী জিপসি অহু তপনা-তপনা গেস্ট হাউস লৈরিবা চীংদোল অহুদগী মথা ঙন্না খেন্না খোয়বা লম্বীতুগী থুত্হুং-ইন্না থোংথরকখী। চীংতুমহুগী হেক মখোঙ, ওইরকপনা লৈবা, পীক্কক তৌবা 'স্বর্গ নিবাস', তুম্পক্না লৈরম্মী। পীক্কক তৌবা য়ুমসিদা ঐহাক ঙৈহাক-ঙৈহাক পোথাখি। য়াম্না ইঙজন্না মচু তাজনা, তরু-তরু পানজবা দেবর্বীগী ঈমুংনি। পীক্কক তৌবা স্বর্গনি। মাগী মপাগী, মাগী মুপীগী, মখোয়গী অমত্তা ঙায়জরিবা পীক্লীবী মচাহুপীগী। মখেয় ঙন্নমক্না মথুং হাইহুনা ঐবু বিদাই পীহৌই। লেপ্তুনা থৌরকপনা কাউন্সিলগী ওফিস লৈহৌরে। কমলানগরগী ঙমখৈ তুরেল মপান্দা লৈরিবা থৈথেলদা ঐখোয়গী গাড়ীহু থাম্মী। হোরেল লম্বীদা চাক্নবা হায়হুনা হোটেল অমদগী তল্-সাকনচিংবা য়োমহন্নগা হাপচিল্লী। ঐখোয়না চৎকদৌরিবা খোঙচৎশি শাংলবা লম্বী অমনি, মী-পোং তাদবা চীংমুং, শুক্রবা জঙ্গল ঙাক্তগী। মফম সিদগী থোদোরকহুনা কমলানগরগী ঙমখৈ ওইরিবা তুরেলহুগী মথক্তা শাবা খোংহু লাম্হে'রক্লে।

অয়ুক্কী পুঙ ১২ তাবদা ঐখোয় লোংতলাই য়ৌই। মক্মসি, য়ৌরকপদদি, ঙসাই মুমিংচুপ্পা লাকখিবা উরক থারকী মুমিং থা মশক উত্রবা জঙ্গল মমুংগী চীক্লবা লম্বীগী অমম্বা অহুদগী থংঙান ঙাম্হৌক্লে। মঙাল কোং কাওরম্মী। পূম্নাঙ লাঙলবা মীয়াম্না থম্না চৎলী, পোৎ-চৈ মথল মথেল য়োম্লী, হুকান ঙাক্তগী পরেংনা তাম্না শম্দোকখ্রী। বাংলবা চাউরবা বিলডীং কয়ানা থম্না লৈ। পুমচিক চীকশিন্নবা শাংলবা খোঙচৎ অহুগী তুংদা পুম্নাঙ অমুক লাঙলরে।

পন্থুং য়ৌত্রিবনিসা, কুইনা পন্থরমদে, অয়াং-অপা থরা লৈশিল হাপচিল্লগা ঐখোয়গী খোঙচৎতু মথা অমুক চৎথরকই। বাংল-বাংলবা মুঙগী চীংমায়, উজাও-রাজাউনা মম্না শুকচিন্নবা চীংমায় কয়া লাম্দনা লাক-পনা থুল মচা অমমুক য়ৌরক্লে। লম্বীগী নাক-য়েংতা য়ুমগী পরেং লেংবা হৌরকই। হোটেল কয়া লৈ, পীক্কক-পীক্কক তৌবা হুকান কয়া লৈ।

নোং তাখিবনরা করিনো লম্বীদু লৈখোম-লৈনাও ময়াম অমনা পৈ পৈদুনা লৈ। য়ুমক খায়দুনা থৌজিল্লকপনা চাউথ্রবা তুরেল খোঙহুং অমদা ঐখোয়গী গাড়ীদু থৌথরকই। শাংথ্রবা খোঙহুংগী লম্বীদু থৌথরক্তুনা ঈশিং ঈমায় শোক্লা শাদুনা লৈরিবা ঘাট তুদা খায়রে।

ঐখোয়বু কৈনা থৎতুনা পাকথ্রবা ঈপাক অমা ওইনা থিংলীবা অসি চিমতুইপুই তুরেলনী। ঈশিং ঈচেন্দু মবুক তপনা উই। ওস্থে ক্লা লুনা ইঙনা উই, মচুত্ত ইশং শংলদুনা ওস্থোকনা ফজথ্রে। বাংলবাংলবা চীংজাও কয়াগী চীংমায়-চীংমায়শিংনা পুমকোয় কোরশিনখিদুনা পুংচীক চীকহল্লবা মফমদুদা চিমতুই পুইগী ঈপাক তি পুক্লিং হুনিংঙাইনি। ফজৈ, ওস্থোক্লা নিংথিজৈ ঐখোয়না মফমসিদা থুংলবা মতমদু মুংথিলগী পুঙ ১·১০ ভারে। তুরেলসিবু নমথৎতুনা থোং অমা শাবা ঙমদ্রি। মহাক্কী পাক্লবা ঈপাক্তা পী: ডবলিউ: ডি: না চলাইবা ফেরী অমনা যাত্রীকশিংবু লাস্থোক-লানশিন তৌই। ঐখোয়সু ফেরী থুংলবা ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈ। অসোম বাংমদা, সোমদা লাক্কদবা মীয়াম্না তোংখৎনবা লোইরবা তুংদা থুৎ-থুৎ তৌদুনা ঈজিন্দা চলাইরদুনা চাউথ্রবা হি অদু লেঙবা হৌরকই। পীশক পীক্লা উরম্বদু সুম নক্সীল্লকই, য়াৎকী চাউরবা ফম্বাক য়াওবা চাউথ্রবা হি অদু ঈমাঙদা থাঙলরে। তোংলম্বা মীয়াম কুমথনবা লোইথ্রবা তুংদা অসে মগী তোর্বান চৎকদবা কাংবু অমুক তোংখৎনবা হৌরে। ঐখোয়সু কাখৎলে। ঐখোয়গী ড্রাইভরনা ফম্বাক মথক্তদা ঐখোয়গী জিপসি অদু থৌগৎলকই।

চিমতুইপুই তুরেল, খা-থংবা মিজোরামদা চেনবা অচৌবা তুরেল অমনি। কোলোদাইনসু কৌবা তুরেল অসিনা ম্যানমারদগী চঙলক্তুনা নোংচুপ পাংনা চেন্থরম্লগা অমুক খা হায়রম পাংনা চেন্থরম্লবা তুংদা অমুক হন্না মপাম লমদম ম্যানমারদা হন্জিনখি। কোলোদাইনা, চিমতুইপুই হায়না শক্লোন লৌদুনা মিজোরামগী ঈচেল পীক্কক তৌবা— মাথ, তুইচাং, ত্যাও, অমসুং তুইপুইগা ঈরম-ঈভিরদুনা লমদমসিগী লৈহাও, লমদমসিগী চীংগী লুরবা ঈশিং পুদুনা মপানগী তাইবংদা

পাউিজেল অমা পুখিবগুম তৌই

হুংথিলগী পুঙ ৩.১৫ তারে, ঐখোয়না মিজোরামগী খা ইথং-থংবা চিমতুইপুই জিলাগী হেড কাটর সাইহাদা থুংলবত্ত। য়ুমগী য়ুম মক্তা মাঙদা, তুংদা, অরাঙবদা অনেম্বদা, চীংদোন চীংদ'ন চীংমায়-চী চেপ, মরোল অমগী মথংদা মরোল অমা য়ুম ভাক্তগী। মথেক মথেক থেক্তুনা চংলিবা লম্বী, ভমথখিবা ভমথংখিবা ময়াম অমগী নাক-য়েংতা বিলদীং কয়া অমনা বাংলবা চীংদোলসিদগী বাংলবা নোংদোল অমুক ওন্নী। সাইহা, চীংলকী টাউন মরক্তদি হাইরপ চাউরে হায়বা য়াই। চাউরাক্লা স্কোয়ার কিলোমিটর ৫৩ গী লমনি লংলিবাসি। ১৯৯২গী জিলাসিগী ওইবা মীকোক থীবদা টাউন অসিদা মীশিং ১৫,৪৪০ মুক্তা হায়। মসা নল্লী, আইজোলগুম য়াম্না চিনবমক্তী নাত্তে, অদুবু য়ুমকৈ অচৌবা বিলদিং কয়ানা চোল্লবা সহর মচা অমনি। মফমসিদা শন্দোক্তুনা লৈরিবা বাজারগী শরুক্তু য়াম্না শাংই, চাউই। কৈথেল মচা মচা থরম্থু লৈ।

আরঃ কেঃ অহোংজাউ হায়দুনা মৈতৈ মচা অমা ফিগী দুকান চাউরবা অমা তৌদুনা লৈরম্মী। টেলরিং মাস্টরনি, মাগী ফি তুফম চাউনা লৈ। তামথ্রবা মফম অমদা থেংনরবদা মৈতৈনী হায়বগী থওমুং নুংশিনবা অমা ফাওই। মানা চাককৌদুনা ঐখোয় তাং ২।১২।৯৩ ইংগী অহীংদুদা চাক চারুই। মাগী লোয়নবী ইংবম্মদুনা ঐখোয়বু ওস্থোক্লা মুংশিনা অরাং-অপা হাপতুনা পীজরকই। তরু তরু তনাল তনাল মৈতৈগী চাকথোং। মৈতৈগী ইন্সাং মথেল অমুক্তম্থু চাবা কংজদ্রিবা শ্রী মহেন্দ্রদি ভকথ্রদুনা হায়--মথেলসি ওস্থোক্লা— য়ামগ্রে ঐদি চ কম খওলকত্রে। মতুদা মৈতৈগী উসব, চাকৌবা খরা চাক্করবা শ্রীআচার্য্যনা চাউথোক্লদুনা লেম্লরদুনা খুম্লকই—কদাইদগী সিদি করিম্থু নত্তে, মৈতৈগী উসোব তি মহানি, মথেলগী মশীংকা খিবা ভমহৌবা পোৎ নত্তে, য়ামথ্রবা জাৎনি অওকপগী মশক্লী। মতুদা ভকথ্রদুনা চাক হুবপা লেপ্লদুনা মহেন্দ্রনা ইন্সাংগী মথেলগী বারীদা পংথরুই। শাংলবা মুমিং কয়াগী

তু·দা তক্ত তনানবা মৈতৈ ইন্সাং গী মহাউ ফংবদা, মৈতৈ চেঙগী মোল্লবা চাক্লা পুক থম্না চাক্লবদা মখোয়না মুমিংতুদা হাউখিবা মহাউড়ুদি, মখোয়না পেঞ্জখিবা থুংগেন্দ্ৰদি অঙকপনি। মখোয়দা নংখিদে, ঐমুনি, ওয়োক্লা হাউখি মুমিংতু।

ডি: সি: না কন্ট্ৰোল তৌবা সার্কুলত হাউস অমা লৈ। কনা চাউই। কজৈ। অহুবু রুম অমতম্ব হাঙলমন্নহুনা ঐখোয় পি: ডব· লিউ: ডি: গী আই: বি: অমদা থুংলয়ে। পীরুবা কা অমদা, ঐখোয় অহুম আচায্য, মহেন্দ্ৰ অহুগা ঐ। মহেন্দ্ৰদি ইউ: পী: মচানি, সিলচরদা সংঘগী প্ৰচারক ওইনা লৈবনি। ঐগী ঈখানি, য়েংবদদি অহুল মাল্লী। ঐগী তিমদা এসিস্ট তৌনবা হায়হুনা মাগা ডি: ঐইচ: পি: দগী মীওই অমগা ওফিসিয়েল ওইনা লাকখিবনি।

ঐখোয়না সাইহাদা লাক্লিবসি, কাউন্টিং য়াওনবগীদমক্তী। ঐখোয়গী কেন্দিদেৎ অমদি শোয়দনা কারগনি হায়বগী ৱেভ অমা লাকখি। ঐখোয়মু থাজখি। অহুবু ভোট থাদনগদবা মুমিংকী অহিং অহুদগীদি, ঐগীদি থাজরম্বা অহু মাঙগ্ৰে। অহীংগী লাল্লোঙ, ঐখোয়না ওমদবা. তৌগেমু খন্দবা মখল মথেলগী লাল্লোঙ কয়া চংথগ্ৰে। থিংবমু ওয়রোইদবা পল নমথায়রক্লবা কল্লবা ঈচেলনী। ঐ য়েংহুনা লৈখা, তাহুনা লৈখী। উপাই লৈখিদে।

অহুবু কাগে তৌজরক্লবা কেন্দিদেৎ অহুগী পুক্লিংগী ঙাক্লো ওই· রুনবা মাগী নিঙ্‌বা কায়রগদবা ভার্করশিংগী য়েংহবা, ঐখোয়— কাউন্টিং য়াওবা লাকখিবনি। কাউন্টিংদি তাং ৪।১২।৯৩ ইংগী অয়ুক পুঙ ৮দগী হৌগদবনি, পীকপ্ৰবা কাথুহুদা থবক তৌনিংঙাই লৈত্ৰবা ঐখোয় অহুম শাংলবা নুমিং হুন্নী লেনবদা ওম্বেক্লা বাখী। ঐখোয় বারী লীনৈ, অম্ভাকশ্ৰী শাম্নে তৌকম থঙমল্লক্তুহুনা ঐনা শ্ৰী মহেন্দ্ৰবু হিন্দি তাকই, ইউ:পী: মচায়না লোল্লকপা হিন্দি তাম্বগা ঐনা অচুম অরান তাক্লুই। মামু কম্তী খোক্লা য়েৎচৈ, মমালোন্নীনা। ঐনা চুমথোকলী মহুদা কোনকানী মচা আচায্যনা মৈতৈ মচা ঐগী মীচঙ চঙই। ঐনা চুম্মী হায়। ইউ: পী: মচাদ্বু হিন্দি হৈতবা তাহল্লী। অসুম্না মতম লেন্নী।

মিজোরামগী খা থংবা শরুক্তা খুন্দারিবা কাঙলুপসি মপুং ওইনা লাখেরনি। মখোয় মশানা মাল্লা হায়না শকতাকচে। লাখের হায়বা মাহৈসিদি লুশৈশিংনা থোনখীবনি থাজনৈ। লশিং হেকপগী শিনকম তৌবদগী বাহৈসি লাকখিবা ওইগনা থনৈ। মখোয়না লশিং হেকপসি খুৎনা হেকপগী মঙ্গৎ চা চৈ শিজিনৈ। অসুম্না 'লা' হায়বদি লশিং 'খের' হায়বনা কপ্পবা নক্তগা খেৎথবা হায়বদগী লাখের হায়না খঙনরকখিবা ওইরম্মু য়াই থনৈ। মাল্লা শিংগী থম্মোইদা মখোয় মিজো নংত্তে হায়বগী অচেৎপা থাজবা অমা লৈ। মখোয়গী তোঙানবা মনিঙ তম্বা লমদম অম্মা লৈনিংবগী অপাম্বা অমা লৈ। মখোয়সি লান পাম্বা শক্তী লৈবা কাঙলুপনি। অরিবা মতমদগী মখোয়বু অকোয়বদা খুন্দারিবা কাঙলুপ অতেনা কিনরকই। মাল্লাশিংগী তলোংমাই, হোথাই, জাইহনো সেবিউ, লিঅলাই অমসুং হৈমা হায়বা মপুং ওইবা শাগে লুপ তরুক লৈ।

মখোয়গী চৎনবী—মতম পাবা অমসুং থাগী মম্মিঙ, থোনবদা অর্থ লৈ। চহী অমবু খতু মঙা থোক্তা খায়থোকই। বসন্তবু—নাংপিনাং, নোংজুথা-সোক্কিনাং, সরত—চাবানং, নিংথমথা—চাশিপো, অমসুং মহৈময়োং লোকপ লোইবগী মতম—পৈতুা, অসুমা। থাগী মমিঙ থোনবদা, কুন্থী কালেনগী হোংলিবা প্রকিতিগী মতৌ অমদি

মখোয়গী শিনকমুচিংবগা মরী লৈনহনবগুম উই। অহানবা থাবু নৌরিবনি অঙাং নাউরা ওইরিবা থানি হায়হুনা "নাউ" কৌই। মেন পাম্বী মপাল ভম্মী হায়হুনা মথংগী থাবু মেউপী কৌই। অম্বুমা পানি, পাচো, পাতোং, ছিপা, খিপা, থলাজাং, থলারা, ফিঅতা, ফিঅপী অমসুং ডি কৌই। নোংজুথাবু নোং য়াম্না তাবনা মহে্‌মরোং ফৎহন্দে হায়হুমা জুন থাগা চানবা মখোয়গী থাবু "ছিপা" হায়। আগস্ট কা চানবা থাবু অমম্বা—থা "থলাজাং" হায়না খোল্লী।

কোলোদাইন তুরেলগী মনাক নক্সা, লুসাই হিলসকী খাগী শরুক্তা কানাই হায়বা কাঙলুপ অমসু খুন্নাই; মখোয়সি অঙনবা মতমদদি মোলিঅনপূই হায়না খঙনরম্মী।

মিজোরামগী খা-থংবা শরুক্তা খুন্দারিবা মরু ওইবা কাঙলুপ অমনা পোই হায়বা অসিনি। মখোয় তোঙান তোঙানবা শাগৈ কাঙলুপ কয়ামরুম্না পুন্সিল্লগা, মসানদি লাই হায়না শক্তাকচবা কাঙলুপ অসি খঙনবগুম তৌই। চিন হিলসকী ময়ায় থংবা শরুক্তা খুন্তাবনি, ময়ায়দা তাবনি হায়বদগী 'লাই' হায়নখিবা ওইগদ্রা থ:জনৈ।

কাঙলুপকী মিংথোল য়েংলগদি 'মিজো' হায়বসিনা হেন্না পাক-খোক চাউখোক্ল উই। 'মি'—মী; 'জো'—চীং, চীংমী হায়বনি। ময়েকী হায়রবদি ওন্নমকসি চীংমীনি। মিজোগী মরুওইবা শাগৈ কাঙলুপতি—লুসৈ, রালতে, মার, পাইতে নচিংবনি। থরা পীক্তক তৌবা শাগৈ ভন্নামাথোই— চোতে, ঙেনতে, খ্যোঙ্গিং, খিয়াংতে, পানতু, রানিতে, রেনথলাই, তলান বাংছিয়া, অমসুং জোংতে নি। ময়ামসিগী মনুংদা লুসৈনা মশিং য়াম্না হেল্লী। লুসৈগী মরুওইবা শাগৈদি—জেবাং, পালিয়ান, থাংলুবা, রিবাং, রোখুম অমসুং সাইলোনি।

মিজোগী অরীবা মতমদা মখোয়গী ওইবা লাইনীং—লগী অমা লৈরম্মী অদুবু মতু থাদোক্ন্না ওসিদি মখোয় ওন্নমক খৃস্টিয়ান ধর্ম্ম

চৎলে। মিজোশিংদি ঈশৈ-নোংমাই পামজবা, মচু-মরেলগী হয়াউ কুম্মৈ কয়া লৈবা জাতিনি। মখোয়গী পোলকুৎ থলা, রামতুক থলা, বাউ থলা; তাউ থলা, তোমির থলা, নিক্বির থলা, বোপ্রিআংহজোন থলা, থিতিন থলা, মিমকুৎথলা, খুবাংচোই থলা, সামহলপাং. থলা, পোলতলক থলা হায়ত্না লৈরিবা চহী অমদা মতম মতমগী মথল মথেলগী ঈশৈগী, জগোইগী, চাবা থক্পগী, লাইনিং লাইশোনগী কুম্মৈনা পরেং লেংলম্মী।

ব্লু মাউন্তেন হায়না খঙনবা মিজোরামগী মন্নুংদা খ্বায়দগী য়াংবা চীংজাও— ফোংপুই, লাইয়াম্না খুম্দাবা শেংলবা মক্তমনি থাজনৈ। থম্মোই হরবা চীংজাও অসিদা তাঙলবা মখল-মথেলগী শা-উচেক, উরৈ কয়ানা থম্না লৈ। ফজরবা কুরাক মখল কয়ানা কৌয়না পাই। লমদমসিগা চীংজাওসিগা অনিগী মরক্তা অচেৎপা মরী অমা লৈবগুম উই।

**তাং** ৫ / ১২ / ৯৩ ইং, মম্নিৈঙদগী হৌনা ঐখোয় চৎননবা থৌরাং হৌই। অয়ুক্কী পুঙ ৬.৩০ তাবা মতমদা ঐখোয়গী গাড়ীশু তপনা-তপনা সাইহাগী বোরোবাজারদগী থৌদোরকথী–লম্বী থি থিহুনা। অতোপ্পা লম্বী অমদা থৈহুনা, লুংলৈ য়োনবা লাকখী। সাইহাদগী লুংলৈ কাওবসি কিলোমিটর ১৬৫ নি, মহুদগী অমুক আইজোল য়ৌগ-দবনা কিলোমিটর ২৩৫, মহুগী মথংদা লেপ্তুনা অমুক কিলোমিটর ১৮০ থৌরগা আসামগী সিলচর য়ৌগদবনি। ঐখোয়গী গাড়ীনা চৎক-দৌরিবা খোঙচৎ অসিনা চীংলম্বীগী খুরবা মথেক মথেক তৌবা লম্বী-সিদা পূম্না কিলোমিটর ৫৮০ নি। সুম হাইহুনা হাইহুনা চৎকদৌ-রিবনি। হাইদনা হুমদনা চুম্না চংপা লম্বী মতেক অমা ফাওবা লৈহৌদে।

সাইহা-লুংলৈগী মেন রোড অহুদি ইলেক্সনগীদমক লাকখিবা সেক্যুরিটিগী গাড়ী ময় ম ঙমনা পরেং লেংখিবদগী ট্রাফিক জাম ওইরে। মহু কোমথোকপা ঙাইরগদি য়াম্না থেঙলগনি হায়হুনা অতোপ্পা লম্বী অমহুদা লাকখিবনি। ঐখোয়গী জিপসি থৌম্নিবা ড্রাইভরহু মহা চালাক্কি। য়াম্না অঙাঙনি, চহি ২০ মুক্না গুরম্নগন্রা০ মশা তবা-তবারহুনা মশকহু য়াম্না মুংশি। ঙাঙবা শকপহু য়াম্না মুংঙাই। মানা খঙদবা লৈতে। মা ওইরম্বগীহু, ঐখোয় অপনবা য়াওদনা লাকপা ঙমখিবনি। অহানবদদি বেঙ্গোলী মচা ওইরবোই নিংলুই অহুগদি বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী

ওইরম্মী। হিন্দি, বেঙ্গোলী, অসামী পাইবমথৈ ভাঙই, বিষ্ণুপ্রিয়ানা মমা লোন্নী, মিজো লোনসু পেং-পেং..., এঃ মহাগী অঙাঙনি। মানা গাড়ী অমা বগল হেক লৌথৎলকপদা বগল পীন্নিবা গাড়ীগী ড্রাইভরদুদা "কলো-মে" হায়বদু য়ান্না সুংশি, য়াম্না পকচৈ। মিজোরামদা "কলো-মে," হায়বসি চৎনৈ, চীন্না হায়রমগ্রবসু গাড়ী হোর্ন খোংদুনা থেঙ ইউ হায়বগী লৈবাক মথা তাবা চৎনবী অমা লমদমসিদা লৈ।

ঐখোয়না লুংলৈ য়েবদা পুঙ ১২ তারে। ঐখোয়গী বার্কর অমগী য়ুমদা ঐখোয় চাক চায়। অসুম্না অমুক মুথিলগী পুঙ ৩.৩৫ তাবা মতমদা ঐখোয় লুংলৈ থাদোক্লম্মে। লুংলৈদগীদি. গাড়ীদুদা—আচার্য মহেন্দ্র অমসুং ঐ, ঐখোয় অহুমতনি। অসুম্না লেপ্তুনা অমুক থৌরকপনা সেরচিপকী ডাগবঙ্গলা য়েবদা মুমিদাংগী পুঙ ৮.১০ তারে। মফমদুদা ঐখোয় অহীং পল্লম্মী।

নোং-হেক ঙানবগা মিজোরামবু বিদাই পীরম্মগদবা ঐখোয়গী খোঙ-চৎতু হৌরকখি। ঙসিদগীদি মিজোরামগী ঙমখৈ মনুংদা অশংবা চীংলক্না শৈদাংফম লৌরম্বদো লোইখ্রগনি। ঈমা মহাকী মুংশিজরবা মচাশিংগী মেঙ,জবা খোম্নোক অমুক তাররোই। ক্লিপসিদু য়াঙনা থৌরকই; অশংবা উপাল-বাপালনা তুং-লোমদা অসুম অসুম চেম্নোকহৌই। অসুম তামহৌই, থম্মোইদদি হেন্না চেৎসিন্না নকশিল্লকপগুম তৌরকই।

ও! তেল্লামঙাইনা হলু এন্দ মুনা পার
কনতলাং রম মুআম মুন সহাংঙাই হিয়ান
কুমশা তমতক পোহ, রালমাসে
ঝমবাল লিআসে রোবিন। ভিং রেরোহ।"
"ও, তেল্লামঙাইনা! 'মন্নাইদ্রবা; পুন্সিবু মালহৌনহনবা,
কুমজা করা কুমওনগ্র'সু
লৈহন্নীংই নঙতদি, ঐখোয়' ঈরক্না,
ঐখোয়গী মুংঙাইরবা, চীংগী স্বর্গসিদা।"

ঈমা মিজোরাম! নঙ, খঙবরা?, ঙসি ঐনা [illegible]
থম্মোয়সিদা য়োমদুনা পুরবনী, থম্মোয়মুংদা থ[illegible]





শ্রীওয়নাম শ্যামানন্দ, অহৌবা অসি আর্টস গ্রেজুয়েট নী; জর্নেলীজম, ফাইন আর্টসনচিংবদা ডিপ্লোমানী। "লৈঙাক্লোন" ইভনীং পেপর, "পানা পাউদম" ৱিক্লীগী ইডিটরনী। থাগী চেফোঙ্ "কংলৈখোল" গীসু খোবিলাংবা (ইডিটর) ওইরম্মী। অঙনবা শরুক্তা "হুইয়েন লানপাউ" গী এসোসিয়েট ইডিটরনচিংবা ওইদুনা লমদমসিদা জর্নেলিজমগী থৌদাংদা শরুক য়াখী। "ইন্দিয়ান ফেদরেসন অফ স্মোল্ এন্দ মেডিয়ম নিউজপেপর্স", নই দিল্লী গী নেসনেল একজিক্যুটিব মেম্বর ওইরম্মী। ষ্টেট লেভেল ওর্গেনাইজেসন কয়াগী প্রসিডেন্ট, সেক্রেটরিনচিংবা ওইরী। নেসনেল অমদি ইন্টরনেসনেলগী থাক্কী ওইবা কনফরেন্স কয়াদা শরুক য়ারুরে।

লমদমসিগী ৱারী-শীংবুল, চৎনবী, লাইনীং-লাইশোলনচিংবা নৈনৈ; লোয়ননা চীংগী মকম অয়াম্বদা চৎতুনা কাঙলুপ কয়াগী ৱারী মীয়ৈরোল, খুন্নাইরোলনচিংকসু থিজিন্নী।

সাহিত্য, ইতিহাস অমদি খুন্নাইগী লোন্না মরী লৈনবা মহাক্কী ৱার্ক কয়ামরক্ পুথোক্লবা লৈরাং তৌরী।

লুপা : ৬০/-